# যারী পিঁকস্

আই. এস. কাঙ্জম



# বান্নী পিকক্রে

আই, এস, কাঙজম



রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

# WAAREE PIKTRU

***( a collection of manipuri small stories )***

**By I. S. Kangjam**

**Price : Rs. 30·00**

BY



ফোঙবা : কাঙজম এন্তরপ্রাইজেজগী
শ্রীমতী ইবেম্মু দেবী কাঙজমনা
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক

খুৎনম : অহানবা, মে, ১৯৯৩

মশীং : ১১০০

ফংফম থোকপা : অইবা

মখুম : বীরেন্দ্রজীৎ নাওরেম

M

মমল : লুপা কুন্থা

নম্ফম : অম্বিকা প্রেস, খোয়াথোং ইম্ফাল।

'ৱারী পিকক্র'

গী

মচাক ফংকম ওইরিবা

মওং-মরিন নাইদ্রবা সমাজ

অমসুং

কাং-খোং চাইরবা পুন্সিদা

তৌবিমল খুবা উৎচরি,

শেস্থুং পীবিখিবা—

রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

মখুমগী দিজাইন তৌবিখিবা—

বীরেন্দ্রজীৎ নাওরেম

অমদি

লাইরিক ওইনা পুথোক্নবা তত্তনা তকশিনখিবা—

ডাঃ দেবরাজ

গী

মফমদা।

M

## অইবগী খায়কৈদগী

হিন্দী, মরাঠীনচিংবা লোনগী সাহিত্যদা মপুং-মরৈ ফানা তোপ-তোপ্না মকম ফংতুনা মনীংতম্বা মচন (বিধা) অমা ওইনা লৈপ্রবা "লঘু কথা"গী মওং লৌতুনা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোন তম্নবা হোৎনজবনি—"রারী পিকত্র"। খৃষ্টগী চহী ১৯৮১ দগী ১৯৯১ ফাওবদা মতম-মতমদা ইথিবশিংতু থরদি মাওথ্রবসু অকংবমখৈ খোমজিল্লগা শেমজবা অপিকপা রারী ৮১ থক্কী চবুন্নি। নম্বা লোইশিল্লকপদা রারী মথন অসিগী মরমদা ঐনা অতৈ লাইরিকশিং পারুবদা থেংনরকপা রাফমদা য়ু্ফম ওইরগা "রারী পিকত্রগী মরমদা" হায়বা রারেং মচা অমা হাথু-হাথু ইরগা হাপচিঞ্জরি। হান্না ইপ্রবা ঐগী রারী পিকত্রশিংগা কোন্না ইবা রারেং অসিগা কদায় ফাওবা মরী লৈনবা অমদি চুশিন্নবা হায়বা রাফমতুদি পাবিগদবশিং অমদি নৈনবিগদবশিংগী মফমদা অসুম লাপ্পোকচরে।

ইম্ফাল, ১৫ মে, ১৯৯৩ ইং

আই, এস, কাঙজম

## রাম্নাও য়ানবা

ইং ১৯৮৮ দগী ঙসি ফাওবদা ফোরমগী পান্দম মথাদা মেম্বর ২৬ তা লাইরিক ফোঙনবা শেলগী মতেং পীদুনা হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ২৩ ফোঙখ্রে। লাইরিক ২ না হৌজিক প্রেসতা লৈরি। তেল্লবা চহী খরগী মতম অসিদা পুন্না লাইরিক ২৩ থক মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনবা ঙমজরে।

অইবা অমবু ময়াম চঙহনা মতেং পাংবা অমসুং মগুণ লৈবা লাইরিক ফোঙবনা ফোরমগী মরুওইবা পান্দম্নি। শেন্দোং তানবগী রাখল লৈতে। মতম পুন্নমক্তা অইবশিংনা মাইয়োক্লরিবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবগী সমস্যা অসি খরগী মখৈ মতেং পাংবা ঙমগদ্রা হায়দুনা অইবশিংগী মরুপ (রাইটরস ফোরম) অসি অইবশিং অমসুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুন্দুনা লিংখৎখিবনি।

ডা, আই, এস, কাঙজমনা ইবা "রারী পিকত্র" কৌবা অপিকপা রারীগী লাইরিক অসি ফোরমগী পান্দমদা ২৪ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

দিলিপ্ ময়েংরম
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল, ১৬। ৫। ১৯৯৩ ইং

M

# ৱারী পিকক্রে

## মথং-মনাও

### ১৯৮১

জগোয়শারী

শিরমগনিদা

থাজবা

### ১৯৮২

দাউ য়াদবা

ৱাখঙদবা

ইন্দোনমচাগী খুরাতোন

মতম মাঙহন্দবা

কুমহৈ

মন্ত্র

### ১৯৮৩

খোঙবান চেনবা

পুন্সি অমস্তুং মুংশিবা

মীফম

মীখনগী মীতিং

অথু ওইরবস্তু

মুংশিবগী খুদোন

১৯৮৪

করি মরমদগী
সবসীদি গ্রান্ট
অহোংবা পুরকপা
য়াথং
হিংনবা

১৯৮৫

কাকফৈতুগী রাখল
শহীদ
শোয়দনবা
প্রোপর চেনেল
শারমচৎ
রাকৎ

১৯৮৬

তলগী রাথোক
ময়ান
লাইয়েং খেন্নবা
ঐ শিনীংদ্রি
মতমগী চৎনবী
ওখিলবী চৎনবী
আনন্দা
হরাউদবা

১৯ [illegible]

রা[illegible]
কেবিনেটকী রারেপ

M

কুম কাংবা

কোঙদোক্তবা ব্রাহং

ফিদম ঙাকপা

ঈ চুপ্পা

কোকচাউবী কাবা

১৯৮৮

মহৈগী থাক

মচা নিঙোন

এলোদ্‌মেণ্ট

শরিক থাংবা

চুঙ্গোয়

তম্বিবা

অঙকপা

পারী-পুরী থিবা

লাইরিক য়োনবা

১৯৮৯

দিম্নান্দ

সার্টিফিকেৎ

মান্নবা অধিকার

লান্দুগী মতুংদা

তপথত্রবা নিংশা

পান্দম

থাজনবগী ব্রাংমদা

ঐখোয় অনীগী অনী

১৯৯০

প্রাইস লিষ্ট

হরাউজবা

শেগায়বা

লেমজফম

ঙমদবা করি লৈবগে

অর-তিতি

হুয়ানবা

পঙজবা

ড্রামা

সমাজগী মহিক

১৯৯১

তুমিন-তুমিন

মথৌ য়েঙ্থোকপা

মীচ্ছং

মিত্রং

খুদোংচাবা

খ্বাইদগী তমথিবা জীব

নিঙাই

বোরাগী মশীং

মচানীপা

শজাবা

মপা-ইবুংঙো

করি খল্লমগনি

অর্থ লৈবা মীয়েং

M

ৱারী পিকত্রগী মরমদা

## জগোয়শাবী

অচৌ বাবু জগোয়-ঈশৈগী থৌরম অমদা চিক গেস্ত ওইরুই। জগোয় অমদি ঈশৈগী কলাকারশিংবু থাগত্তুনা ভাষণ পীরম্মি। কলাকারশিংবু জাতি অমদি নৈবাক্কী মিংচং পুরকপা-পুরকপীশিংনি হায়না য়াম্না রাংনা থাঙ্গৎলম্মি।

মাগী মুপী অমস্থং পুংকক চাউরবী মচাম্বুপী অতোনবীস্থ মাগা লোয়ননা থৌরমদু য়াওবা চংলুই। ময়ুমদা হল্লক্লগা মচাম্বুপী অতোনবীনা মপাগী ভাষণ তাক্লবদগী মাস্থ জগোয় তমগে হায়। মচাম্বুপীবু থীনা চৈ—"নঙগুম্বা অাং নাইবা মচানা জগোয়শাবী ওইবা য়াব্রা?"

৭।৪।৮১

অরী পিশক/১৫

## শিরমগনিদা

থোঙতু তপ্পা হাংদোক্লগা থোরকই। থাশি মুমিংকী অহিংনি। মুংবংননা তপ্পা-তপ্পা থোঙ থাংলি। হীরম খুদিংমক্তা নীংবা কায়রবদা হিংবগী অর্থ লৈত্রে, শিক্লরগে হায়দুনা থোরকপনি। চংনা-চংনা হৌরবা পুন্সিগী অরা-মুংঙাই কয়া নীংশিংলকই। রাথন্দা লুপথিদুনা মহাক্না থোরক্লিবগী পান্দম কাউথ্রে। খঙহৌদনা নুংজাউ অমদা খুদি থীবদগী উপথুদুনা তুই। মচীন্দগী রাহৈ থরা থোরকখি—

"ইস! শিরমগনিদা।"

M

১০।৬।৮১

১৬/রাজী পিকত্ত

**থাজবা**

তোমচৌনা মাগী মুপীবু য়াম্না মুংশি, য়াম্না পাম্মি, য়াম্নস্থ থাজে। মুংশিনফম থাজনফম থোকই ; লৈমিন্নরবদি নীপানা মুপীবু থাজগদবনি, মুপীনস্থ নীপাবু থাজগদবনি। মী খ্বাইনা থাজনবদগী তোমচৌনা মাগী মুপীবু থাজবনা খরা খিৎ হেনবগুম তৌই। অহানবা মচামুপীচু পোকপা মতমদা মীনা মুশুক-মুশুক ঙাঙনবা—"হায়ন-শীংনরগা লুহোংবনি, থা শু.দ, তোমচৌগী মচা ওইরম্মোই" হায়বা তাবদা তোমচৌনা কৈরোল-লৈকাই, মরী-মতাবু থোরৈতে হায়না য়াম্না শাউখি, মরমদি মহাক্না মাগী মুপীবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাজে।

তোমচৌ চহী অহুম লংফৈদা লৈরুই। চহী অহুমগী মতুংদা ময়ুমদা হল্লকপদা ফম্বা কাবক-কাবক হৈরবা মচানীপা অমা লৈরম্বদা মহাক য়াম্না হরাউজখি।

২৬। ৯। ৮১

রারী পিকক্র/১৭

দাউ য়াদব।

সোমদনা সরকার কায়নীং-কায়নীং ; অসোমদা ময়ুমলোমদনা মপাগী অনাবা নোংমা-নোংমগী হেঞ্জিল্লকই। খল্লি—

"শিবমক তারবদি সরকারসি কায়ড্রিবৈঁদা। মন্ত্রী ওইরিবঁ, সঙ্গ ফরিবৈঁদা থোক্লবদি ইফ ফবনিসে।"

নীংজবদনি, লাইবক্লা মঙোন্দা তোংদে। সরকার কায়রে। মপোৎ-মচৈ হোৎখে। হুমনীশুবদা মপাস্থ মাবু থাদোক্লগা চৎখ্রে।

ঋারৌই লাইবু, মপাবুস্থ। তকশী শোল্লি—"থা অমগী মমাঙদা শিরস্মুদনা। শোরাক্তং শোনবা নংলমবদি ··· ··· ···।"

১।৩।৮২

ঋারী পিকক্র/২১

রাখঙদবা

নাব্বিবী মুপীগী সেবা হোৎনবদা থবক শূবা চখোকপস্থ ঙমদ্রে। শূব্নগা চাবা ইমুংনি। শূব্রবনিনা চানিংঙাইস্থ লৈতে; লাইয়েংনবা শেনস্থ লৈতে।

মরুপ-মপাংনা হায়বদগী শেনস্থ পঙতিং তিংলোইদ্রা খন্দুনা সরকারগী হোসপিতালদা পুখৎলকপনি। হোসপিতাল য়ৌরগনা হেন্না অৱাবা ওইরে। মফম খুদিংদা শেন। হীদাক খুদিংমক লৈবা তাই। সরকারগী হোসপিতালদা লেম্না ফংবা অমতা লৈতে। দাক্তর, নর্স অমদি অতৈ স্তাফ-মেম্বরশিংগী তৌরিবা মওং, মখোয়গী ব্যবহার উরুবগা খল্লকই—

"কৱিব্বুংগী পুখৎলকপা? খুঙংগী য়ুমদা ঈংনা শিজরম্বনা হেন্না ফরম্বনি।"

শেন লৈতবনা রাখঙদবা হায়রবদু ওইরবা নীপাদুগী মুপীদু মাগী মতম ঙাইবদা তাখি।

M

৮। ৩। ৮২

২২/মাঙ্গী পিকক

# ইন্দোনমচাগী খুরাতোন

ঐখোয় খুরাহু নহা ওইনা লৈখিদে। খুরানা লৌরম্বা ইন্দোনমচা নহানি। মচা অমতা পোক্কে।

খুরাহু মচীঙ্গাক চাজবা মীওই অমা ওইরম্মি।

খুরানা লৈখিদ্রবদা ঐখোয়' ইচিন-ইনাউনা খল্লম্মি—"ইন্দোনমচা নহানিনা কুইনা লৈগদবা মান্দে। খুরাগী মরন-মথুম য়েংশিন-খোংচিনবগী ভার ঐখোয়গী ইথক্তা নোংমদি তাররগনি। তৌদবদি য়াবরদো, লৈখিদবা নীপাদো ইপাগা পোকমিন্নবা ইখুরানি।"

খুরা লৈখিদবা চহী মঙা-তরুক হায়রক্লে। ইন্দোনমচা মচী লেঙদে। সতী শেংঙি হায়নৈ, মীনা। ঐখোয়না খল্লি—"মশা নহানিনা ইন্দোনমচা ময়ুম অমুক পাঙ্গবা ফৈ। সংসারগী মুংঙাইবা মশক মুন্না খঙজহুনা পোকপগী মহৈ য়াঙ্গবা ফৈ।"

খরা লৈরগা মীনা মুশুক-মুশুক ঙাঙনরকপা তাখি। ঐখোয়সু খঙদ-উদবদি নত্তে। অহুবু ঐখোয় তুমিন লৈখি।

ঐখোয়না খল্লম্বগা তৌথোরকপগা য়াম্না থাপ্নরকখি। নোংমা ঐখোয়, ইচিন-ইনাউনা হায়খি—"ইন্দোনমচাগী অপাম্বদা ঐখোয় থিংদে; থিংবগী ইতিকসু লৈতে। তৌবতবু খুরাগী ইংখোল অসিমক্তদা, য়ুম অসিমক্তদা··· ······। ঐখোয় পামদে।"

রাথোক ওইখি।

থিনরুবদা খুরাগী মরন-মথুম, লৌ-ইংখোন পুম্বা ইন্দোনমচাগী মিংদা লোইনা লৈরম্লে।

মমৈথঙদা ইন্দোনমচাগী খুরাতোন অমসু·········, কোংনা।

৪। ৮। ৮২

রারী পিকক্র/২৩

**মতম মাঙহন্দবা**

তোলচৌনা খরা থেঙলপ পৈয়া পরল অচৌবা অমা পুরগা চঙলকপত্থ উবদা এতেন্দেন্স চেক তৌরম্লিবা মখোয়গী ওফিসারত্থনা হংঙি—"তোলচৌ লৈরক্লিব্রা নঙগী পৈয়াত্থবো ? কয়াগীনো ?"

"সর, য়ুমদগী পুজরকপনি ।"

"কনাদা পীরুগদৌরিবা ?"

"কনাদস্থ পীগদবা নচ্চদে । ওফিসতা স্থম থবক তৌনা-তৌনা হঙ্গাম-পোল্লাং অমা-অনীদং শাসিরা হায়ত্থনা । ওফিস অমতদা থবক তৌমিন্নরগা ইবেচাউবীখোয়, মোহিনীখোয়না কোচি লোন্দুনা মতমসি ঙহাক্তা মাঙহন্দে । ঐখোয় নীপানা করিমতা তৌদবমখৈ লৈবসি ইকাইব অমা য়াওজরবা সর !"

ওফিসারনা খল্লি—"অত্থদি ঐনা করি থবক তৌবা ?"

M

১।১০।৮২

## কুমহৈ

খঙহৌদনা পুলিসকী গাড়ী অমা লাক্লগা সিনেমা হোল মমাঙদা তিকেৎ ব্লেক শান্নবা নীপা-নুপী পুন্নমক ফাররে। হায়জ-খোৎচবা য়াদ্রে; পুন্নমক গাড়ীদা হোইগৎলে। ময়াম মরক্তুদা তোম্বীমচাস্তু য়াওরে।

তোম্বীমচা উপায় লৈমন্দবদগী মমান্নবশিংস্তু মতৌই হায়দুনা মরাগী ঙহাক লৈতনা শেন পীয়ু হায়বা চক্রিদগী অমদি পিক্লিবা মচাশিংবু চাক চথোম ভ.মমমদং পীজবা ঙম্বা খনবদগী থামুক্কী মমাঙদগী সিনেমাগী তিকেৎ ব্লেক শান্নবা য়াওন্নকপনি। অক্না-অপুন থেংনবা ঙসিগীসিনা অহানবনি। য়াম্না হৈনদনা থোকই।

পুলিসকী গাড়ী মনুংদা ফম্লিঙৈ, মহাক্কী মরা লাকপা উই। উত্রনি চুংশা থীবুনা কিরুক খুমজিল্লি। কি মনুংদগী মন্নাদা হাইকেৎ য়েংঙি। মহাক্কী মরাতু সিনেমা হোল মমাঙদা ক্না য়োল্লিবী মো নহাতুগী মমাঙদা কম্নতুনা ক্না লৈরি, কায়োনবীতুগা নোকমিন্নরি। তোম্বীমচা নিংদোন পোল্মি।

ঙহাক লৈরগা মহাক্কী মরাতু সিনেমা হোল মনুংদা চঙখি। তোম্বীমচা গাড়ী মনুংদা অতুম তঙক-তঙক য়েংতুনা লৈহৌই।

১০।১২।৮২

শ্বারী শিবজ্র/২৫

## মন্ত্র

চাউভলনা রাজনীতি য়াওরকপসি ফনা মকুইরে; অতুবু ফীরান মমায় ইচুম চুমদবগুম তৌই। মহৈ ইয়ান য়ান্দে। মহাক্না ঙাঙবা-শকপা মীনা কয়া থাজবিদে। মহাক্না ফনা চুম্বা রা হায়জরবস্তু ফাগী তাতুনা মতোকই। মহাক্কী রাজনীতিগী গুরুস্তু (হৌজিক মন্ত্রী ওইরিবা) মথরায় নুংঙাইত্রে। গুরুনা নোংমা মাবু কৌরগা হায়—

"অতো, নঙসে ঐগী সেবক মান্দেদকো। পারা নীংথিনা ফাত্রি। রাজনীতিদবু অচুম্বা ঙাঙবা মীনা মী ওইবা ঙম্বা? ওইদবা ঙাঙগদবনি অচুম্বদি মাল্লহনগদবনি। মুন্না তাশিল্লু, খঙজিল্লু—ঐখোয়না ভাষণগি হায়তুনা ঙাঙলিবসিবু অচুম্বা কয়াম য়াওবগে? অচুম্বা ঙাক্না ঙাঙলবদি কদায়দগী লৈবাকসি ঙাকপা য়াগদগে? লম অসিদা মহৈ য়ানবা মী অম ওইগে হায়রবদি ঐনা হায়রিবসি কাউগন্নু—'ওইদবা ঙাঙঙু, অওইবা মালহল্লু।' মসি মন্ত্রনি।"

২৯।১২।৮২

২৬/রারী পিরুক্র

## খোঙবান চেনবা

—ইমা, লাক্লিব্রা? তারিব্রো? ইমা লাকএ।

—চাউববু চখোকখ্রব্রা? ঐ মা উন্নগে লাক্লিবনি।

—অবোক, করি অরুবা থবক লৈরবগে? অবোক্লা ম্নারেমখে লাক্লম্ন ইমোচাহ্ থাররক্লগা কৌহল্লরবদি ঐনা হেক লাক্কদবা।

ইমুংদগী থোররক্লগা হায়রকপনি।

—ইবুংচো চাউবা, নঙ হন্দক্তি ম্নমিৎ তরানিমুক্তং নখোয়গী ওফিসতু ছুতি লৌবা তারে।

—করি মরমগীনো অবোক?

—ইমোচাহ্ন মখোয়গী মেত্রিক হায়হ্ন থাদৌরিসি নখোয়বু করিম্তা খঙদ্রবো? মী মচাগীদি অমুক্তোইবা হিয়াঙগী খোঙবান চেনবহ্ন মঙায়। ঐখোয়গীদি কনা লৈবগে নশেনগীনি হায়বা নঙ নত্তনা। নঙনা থম্না হোৎনদবা য়াদ্রে।

অবোক, পরীক্ষাদি ইমোচানা থাগদবনি। ঐনা ছুতি লৌরগা করি তৌগদৌরিবা? নহান নোংমা লাক্লম্বদা ঐনা লাইরিক নীংথিনা পাউ হায়না হায়খিবনি।

—নঙগী অহ্ন-অদাকা খঙদে। নঙ ছুতি লৌদবা য়াদে। মী পুম্নমক্লা তৌনরবদবু। নশেনসি মতোমতা তরক-তরক..........কনা লৈজদবদৌনা।

ময়া- ইবুংঙো চাউবা খুম্ফম খঙদে।

১৫। ৪। ৮৩

ম্নায়ী পিকক্র/২৯

## পুন্সি অমসুং লুংশিবা

বালা লুহোংলগনি হায়বা পাউ কুঞ্জোদা ঙক্লা থোকই, থাজবা ঙমদে। খল্লি—"বালাগা তোয়না উন্নে। করিমতা হায়দে। মহাক্কী লুহোংবগী মরমদা মহাক খঙলমদবা য়াই।"

খল্লিঙৈ তাঙ্গাদুদা বালা লাকই। হংবা নংহৌদে। বালানা হায়রক্কই—"তামো, ঐগী লুহোংবগী পাউ তারব্রা ?"

"নঙ নশানবু য়ারব্রো ?" কুঞ্জোনা তপ্পা হংঙি।

"অং, য়াথোকখ্রে।"

"ফৈ, নশানবু য়ারবদি।"

"তামোনা ঐবু খরা রাম্বোরমগনি। তরেৎ-তরা খল্লবা মতুংদা অয়াবা পীখিবনি। লুংশিবগীদমক পুন্সিবু কেমহনবা ফত্তে। লাকদবা তুংগী পুন্সিগী মরমদা খোঙ থাংজিল্লিঙৈদা মুল্লা খল্লহৌবা তাবনি। লভ ইজ ব্লাইন্দ হায়রবদো হৌজিক্কী মতম অসিদদি খরা চানফাত্রে। তামোস্নু নীংবা কায়বিগনু। ইনম্মা অমা থিবিয়ু। লুহোংবদা বাৰ্ত্তোন তৌরিরকউ, লাকচগে। সিনা ঐগী লুহোংবগী কাৰ্দ।"

১২। ৫। ৮৩

৩০/রাত্রী পিকঞ্জ

**মীকম**

মী ওখাক তিল্লে। নাৎকী ওইবা থম্ন-নৈনবগী মীফমদু হৌনবা লেপ্পা মতমদগী পূং অমা খরা কল্লপ থেঙথরক্লে। চিফ গেস্ত ওইগদবা নাৎকী মন্ত্রী য়ৌরক্তি।

মন্ত্রী মাগী ঙাক-শেনবশিংগা লোয়ননা থুংলৈ। লাকপগা হায়রে—"থৌরম পরেং খরা থুজিনসি। ঐগী ভাষণ ইহান হানবদা থম্মু।"

ময়াম্বু ওকপগী থৌরমগী হেক মথংদা চিফ গেস্তগী ভাষণ থল্লে। থেঙনা থুংলবগী ঙাকপিনবা হায়জরগা মথং মথং অচুম্বা-চুমদবা ৱাফম কয়া হায়থরকখি। চুমদবা ৱাফম কয়া য়াওখিবদু মন্ত্রীনা হায়বনিনা অচুম্বা অদুম মাল্লি। মরক্তা খূবাক কয়ারক খুখি। অরোইবা ওইনা থৌরমদু লোইবা ফাওবা য়াওবা ঙমদবগী ঙাকপিনবা হায়জরগা মন্ত্রী মীফমদু থাদোক্লগা চৎখি।

মন্ত্রীদা হকথেংননা খঙহন্নীংবা অখঙ-অহৈশিংগী মরী লৈনবা ৱাফম কয়া খঙদনা অমদি তাদনা মন্ত্রী চৎখি।

তিল্লিবা মীয়াম্বদি হায়নহৌই—মীফমদু মহৈ য়াল্লে।

৩।৯।৮৩

**ৱারী পিকক্র/৩১**

## মীখনগী মীতিং

মন্ত্রী তোম্বুংবু খঙদবা কনা য়াওবগে ? ৱা ঙাঙবদা মাগী মপা লৈতবনি। মীনা থৌওইনা নেক্করিবনি। মীখন খুদিংগী মীরেপ ওই। কাদবহুদি ভোৎ থাদরিবা ঐখোয়না মতিক চাদবদগী অশেংবা মীহুৎ খনবা হৈতবগীনি। কাজরবদি নহাম্না চিফ মিনিস্তর ফাওবা হেন্দোক্না ওইবা য়ারবনি। ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অমদি লমচৎ-শাজত্তি মন্ত্রী অমদগী তাদে। অহুনা মীয়াম্না মাবু মন্ত্রী তোম্বুং হায়রগা খঙনৈ।

মীখন ময়া নকশিল্লক্লহুনা মফম-মফম খুদিংদা মীতিং তোয়না তৌনরক্লবা মতম্নি। মীখন্দা থরায় য়াওবা মীওই কয়া ময়ূমদা চাক চাবা ফংনদ্রবনি। মীওই কয়া অমদি মীখনগী মীতিংগী তাষণ তাবা থৌওইনা মতম কাইথোক্লুনা চৎনৈ। চত্তবসি ঐখোয়' লৈকাইদা ঐদা ঙায়রবোই নীংঙি। নোংমা হুমিদাংৱাই 'ঐখোয়' লৈকাইগী কৈথেন মচাহুদা মন্ত্রী তোম্বুংনা মীরেপ ওইবগী মীতিং অমা পাঙথোক্লম্মি। নোংস্থু থিংলি-থিংলি তাই। লেপ্পা লৈতনা ৱা ঙাঙলি। হুমিদাংৱাইরম মীতিং হেক হৌবদগী ফনা থেঙলবা হুমিদাংগী পুং তরারোম তারবা মতম অহু ফাওবা মী অমখক্তগী খোঞ্জেন তাবা ফংঙি। ঐনা খল্লম্মি—"মীশিংসি মীখন্দা ওস্থোক্না থরায় য়াওনরেদা। মম্লি-মম্লিবদগী অস্থুক থেঙলবা ফাওবা ৱা ঙাঙলিবা অমদি তারিবা অনীমক ফনা অখাঙ কল্লি, থাগৎনীংঙাইহনি।"

তনগনগ্রবা ঐসে মীতিংহু য়েংনীংবা অমা পোক্লকই। ছাতিন মচা অমা তুপ্লগা থোক্লুই। কৈথেন্দা তুমিংফাও পাইরমদ্রে। ৱা ঙাঙলিবহু মন্ত্রী তোম্বুংনি। তারিবনা চহী তরানীথোই-হুমদোইরোম গুরবা মাইক ওপরেতর নীপামচা অমগা, মমি শাম্নবা ইলেক্ট্রিকী বল্ব অমখক্না।

৫। ৯। ৮৩

## অহু ওইরবসু

"ইবুংঙো, হন্দক নঙনা তৌরক্লিবসি করিনো? নঙ-পাবুংগী মায় করিমতা য়েংদ্রে। নঙবু ইমুং অসিগী ইজ্জৎকী মরমদা করিমতা খন্দরবরা?"

"ঐনা ইমুং অমদি পাবুংগী ইজ্জৎ শোকপা কন্নি তৌগ্রবগে?"

"করিমতা খঙদ-তৌদবদৌনা ভাঙলিবহৃবু করিনো? চীংমী নিঙোন্দু নত্রবদি মুপীসিবু অমতা লৈত্রব্রা?"

"ইমা, চীংদা লৈবনা চীংমী, তমদা লৈবনা তম-মী, পুম্নমক মীনি।"

"মতুনা নঙগী ৱাখন্নি। সমাজ হায়বা অমা লৈরি। মহাক্কী সমাজগা ঐখোয়গী সমাজগা তিন্নদে। ঐখোয়না হিন্দুনি, মহাক্না খৃষ্টান্নি। সমাজগী থবক-থৌরমদা য়ূমগী মখাদা ঙহাক্তা লৈতবা নঙ-পাবুংসে নঙনা মুপীমচা অসি পুরকঙেদগী য়ূমসিদগী মপান থোক্কে।"

"ইমানা হায়রিবসি ঐদি জ্ঞানবু তাবা ঙমদ্রে। ঐখোয় পাবুং লৈবাক্না শকখঙবা সোসিয়েল ৱার্কর অমনি। মফম-মফম খুদিংদা পাবুংনা মী খুদিংমক্তা হায়রি—লৈফম, ধর্ম্ম অমদি জাতিনা মীবু মীদগী খেন্নহনবা য়ারোই। পুম্নমক মীনি, অমতনি। ইমা, নচানা পুজরক্লিবসি মীনি। ঐগুম্বা, ইমাগুম্বা, পাবুংগুম্বা। পাবুংনা পামজবা ফিদম অহু মচা ঐনা ভাক্লে হায়দুনা হন্দকী মতাং অসি পাবুংদি য়াম্না চাউখোকচকম খোকপনি।"

"অহু ওইরবসু, নঙদি ঐখোয়গী অমতা পোকচবা ইচানি। নঙ-পাবুংনা ৱা ভাঙদনা থম্মোয়দা চাক্লিবসি নঙ খঙফম থোকপনি।"

য়াম্না ৱারোনা মমাহু মচাগী মনাক্তগী চৎখি। লৈবাক্কী মশক নাইরবা সোসিয়েল ৱার্কর ওইরবা মপা-ইবুংঙো হন্দকী মতাং অসিদগী লৈবাক-সমাজগী থবক-থৌরমদগী পোখাখি।

২০।১১।৮৩

রাজী শিবজ্ঞ/৩৩

# মুংশিবগী খুদোন

মপানে, মমানে, মচানীপা পাখংহুনে মখোয় অহুমগী ঈংনা-চিক্লা পানবা পুন্সি লৈকাইহুদা তমজনীংঙাইনি। নোংমা মপানা মচানীপাবু মনাক্তা কৌরগা হায়—"নীপামচা, ঙসি ইপা রা অমা হায়গে। মসিগুম্বা রাফমসি মপা অমনা মচাদা হায়ফম থোক্তবনি। অহুবু হায়দবা য়াদবা মতাং ওইহুনা হায়রবনি। নহাক্লা য়াম্না হকচিন্ননা মরী লৈনরিবা মুপীমচা অহুগী রাখল থাদোকউ। নখোয় অনী লৌন-লৈনবা য়াদে। মহাক নঙগী নচন্নুপীনি।"

"ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে।" মচানীপানা ঙক্লা খুম্মি।

"রাফম অসি নহাক খরা ঙক্লমগনি। পুম্নমক ঐগী ইরাম্নি, নখোয়গী নত্তে। মহাক মাগী মমানা ময়ূম পানবদা মপুক্তা য়াওখিবা ঐগী ইচানি।"

মচানীপা অমুক রা মখা তাদ্রে। মতম চুপ্পদা মুংশুক-মুংজানহুনতা লৈরে। অমতা পোকচবা মচাগী মতৌহুদা মমাস্থু মথরায় রারে। মচানীপানা মুংশুক-মুংজানবগী মরম খঙলবদা মমানা হায়—

"করিগীনো নঙনা অহুক মুংশুক-মুংজানরিবা? মুংশিববু মীরায়বা য়াব্রা? মুপীমচাহু পুরকউ, চাউনা লুহোংগদবনি।"

"অহুদা ইমা, মহাক্তি ইচন্নি।"

"করম্না? নঙনা খঙদবননি।" হৌজিক লৈমিন্নরিবা নপা অসি নঙবু হেক পোকপা নপা নত্তে। ইমানা লুহোংলকপদা নঙ ইমাগী গর্ভদা ঈ মতুম ওইনা য়াওরকপনি। নঙদি ঐগী অশেংবা মুংশিবগী তাঙনা ফংজবা খুদোন্নি।"

মমাগী রা তাবদা মচানীপাহু মমীৎ-মনা চপ য়ুংখৎলি।

১১। ১২। ৮৩

কৰি মরমদস্পী

মরাম লৈরবশিং পুবা শারংগুম খাজিল্লবা পুলিসকী গাড়ীদু জেলদগী কোর্ট তম্মা থোরি। মরান লৈরবশিংগী মরক্তা মোচাস্মু য়াওরি। গাড়ী মথুংদগী অচৎ-অওক মরুপ-মপাং কয়াবূ উরুরগা খঙহৌদনা মহাকী মপুক্কীং খঙওন ওল্লকখি—

"ঐগী ইপানা জুল্লারল্লালা ওইরমদ্রবা, ইমানা লনশোৎপী ঈশৌ লাংবী ওইরমদ্রবা, পূংজা খুদিং মখোয় অনী খৎনরমদ্রবা, ঐস্মু লাইরিক-লাইশু নীংথিনা তমদুনা ইমান্নবশিংগুম অফবা মী অমা ওইরম্বা য়ারম্বনিকো।"

১৫।২।৮৪

রামী পিকক্ক/৩৭

## সবসীদি গ্রাণ্ট

—লেঙশিনবিরকউ খুরাইবুংঙো, করি থবক্কী ওইরবনো ?

—ইবুংঙো বী দী ও সাহেবনা তৌবিরিবসি করিনো ? খৎনবা হৌবিরিবা হায়তুরা ?

মরৈ তৎ-তৎ তৌনা শাউনা হায়রকপনি অহন্দুনা ।

—করি তৌরবগে ? ঐ জ্ঞান তাবা ঙমজদ্রে ।

—খঙনা-খঙনা খঙশিন্নবিদ্রবদি করম্না জ্ঞান তাগদগে সাহেব ? ঐগী মী মরী-মঙাতুগী ঙা য়োকপগী সবসীদি গ্রাণ্ট ককথৎপিখ্রিবসি কনানা ককউ হায়তুনা ককপিখ্রিবনো ?

—ইহে, অতুগী ওইরে খুরাইবুংঙোনা শাউবিরিবসে । মতু অস্নুম তৌবনি । ঐখোয়গী ওফিসকী মীনা ফিজিকেল ভেরীফিকেশন চৎপদা মখোয় কনাগীস্নু পুখ্রী লৈরমদ্রে হায়নে ।

—ইবুংঙোনা ফিজিকেল ভেরীফিকেশনগীদমক করিগী মীনা থাবিক্লরিবনো ? পীবা য়াই হায়তুনা খুনগী প্রধান অমা ওইনা ঐনা রেকোমেন্দ তৌরবনি । মীতু থাদবা য়াদ্রগনা ঐঙোন্দা হান্না পাউ অমতংদি পীবিবা ফৈ ।

—খুরাইবুংঙোবু পুখ্রী লৈতনা চেদা ঙাক্তা ঙা য়োকপসি হয়েং পোথোক্কী মতাংদা বেরা খরা লৈবননি ।

—ইবুংঙো সাহেবনা মতু য়ৌনা উশিনবিফম থোক্কে । থক্লীংঙাই ঈশিং ফাওবা মরাং কায়না ফংদবা চীংদোন্দা ঙা য়োক্লরিবসিদি করম তৌবা তারে ? ঐবু তরাইনা লৌবিগন্নু সাহেব । ব্লারৌবিগন্নু, ঐস্নু ঐনা ঙম্বা তৌজরকপা তারে ।

—খুরাইবুংঙো প্রধান শাউনা মফৈজোম কুপ্পা ফৎ কল্লম্লগা বী দী ও সাহেবকী কাদগী মপান থোকখি ।

২১ । ৪ । ৮৪

# অহোংবা পুরকপা

তোমচা লাইরিক-লাইশু হৈরবা অচুম্বা তৌবা পাম্বা নহানি। লৈবাক্কী রাজনীতিগী তৌনরিবা ঈরাং উরগা পেঞ্জদে। মশামক রাজনীতিগী লমসিদা খোঙদারগা অচুম্বা খরা তৌগে, চুমথোকপা য়াবা চুমথোক্কে খল্লি। চোংথোরকই, মীয়াম্নসু মঙোন্দা আশা থম্মি। মীয়ামগী মতেং ফংঙি; লায়না ভোৎ কায়। মীয়ামগী মীহুৎ এম এল এ, হায়বহু ওইখি।

চহী খরগী মতুংদা তোমচা মশক নাইবা রাজনীতিম্নালা অমা ওইরকখি। চোংথোক-চোংশিন্দা মপা লৈখিদে। ভোৎ কারকপা খুদিং মন্ত্রী ওইদবা য়াওদে। নুপী-ময়ূ মসু হাইফেৎ মমিং চৎলকই।

তোমচাবু মুন্না খঙবা নীপা অনীখক্লা লম্বীদা চৎনা-চৎনা মহাক্কী মরমদা অস্মুন্না ঙাঙনৈ—

"তোমচানা মন্ত্রী ওইরবদি লৈবাক অসিদা অহোংবা খরদি পুরক্কনি খল্লম্বনি।"

"অহোংবদি পুরক্লেনা। মহাক্কী পুন্সিগী ফিদম হান্নগীহু নক্রে।"

তাঞ্জাহুদা মন্ত্রী তোমচাগী কার এস্কোর্টকী গাড়ীনা মাঙ-তুং চপ্লগা য়াঙনা থোখি।

১৭।৯।৮৪

য়াথং

নিংথৌ অতু মহাক্কী অথোইবা মন্ত্রীতুগা লোয়ননা লৈবাক শীনবা থুংনা কোয়রম্মি। অয়াম্বা প্রজা হায়নীংঙাই লৈতনা লাইরবা উবদা মপুক্নীং য়াম্না শুংঙাইরমদে, শাউনীংবম্নু পোক্লম্মি। মমৈথঙদা য়াম্না কা হেন্না লাইরবা ঙাক্তা লৈবা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মি। মতু উরুবদা মহাক অমুক্তা হেন্না শাউনীংলম্মি। খুদক্তা মহাক্না মন্ত্রীদা হায়রম্মি—"বরমন্ত্রী,, ঐগী লৈবাক্তা লাইরবা লৈবা য়ারোই। লাইরবা মরু ফংনা মুথৎকদবনি। থা অমগী মতুংদা ঐ মফম অসিদা অমুক লাক্কনি। মতম অতুদা লাইরবা অমতং থেংনবা থোক্লবদি বরমন্ত্রীনচিংবা অঙম মথৌ পুম্নমক মতিক চাবা চৈরাক ফংগনি।"

থা অমগী মতুংদা নিংথৌ খুঙ্গং অতুদা চৎলম্মি। বরমন্ত্রীশু লোয়নরম্মি। খুঙ্গং অতুদা মী অমতা মশক উবা ফংলমদে। মফম খুদিংমক্তা মোংফমগী মোংফম ঙাক্তা উরম্মি। নিংথৌ য়াম্না ঙক্লম্মি। বরমন্ত্রীদা মতুগী মরম হংলম্মি। বরমন্ত্রীনা নোল্লুক্না হায়রকখি—"ইনিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না লাইরবা মরু ফংনা মুথৎচপ্রে। হৌজিক খুঙ্গং অসিদা লাইরবা অমতা লৈত্রে।"

৩০।৯।৮৪

## হিংনবা

ঙসায় নোং হেক ঙানবদগীনি মহাক্না কাঙলম চেল্লক্লিবা। বস অমতং থুংলবদা চেনশিল্লি। অতৈ অচৌবশিংনা "নহা, নঙনা ঙম্লোই, চথোকউ" হায়না ঈস্থোক্লগা পোৎ মখৈ থোঙ্গত্তুনা পুখি। ললোনবী অমতনসু মঙোন্দা পোৎ পুহন্দে। মানা পুজগে হায়তুনা পায়রুবা পোৎ পুইল্লক্তে; তথী-তথী হায়তুনা তাম্থোরকই।

হুমিদাংৱাইরম ওইরক্লবদা নীংবা কায়না ময়ুমদা হঞ্জিল্লকই। কমুৎদা নাহেতুনা হিপলিবী তোম্বী বীবী মচাগী মকশিল্লবা মায়থোঙদা ইরিবতু পাবা ঙম্মি। মাদি হান্ননা খঙলবনি, অতুনা চহী তরাদা ঙায়রিবা পিক্লিবা মচাবু চৎখিন্নু হায়না ফনা খাম্বনি। ঙরাংদগী করিমতা চারক্তবতুদা খাম্বা য়াদনা চৎখিবনি।

চেম্থরকপা পি মচা উখিনি খন্দুনা শৎ তৈথোকই। মচানসু মমা উখিনি খন্দুনা ফিজিনা মপি তুমিন তৈথোকই।

উবদি অনীমক্না উই; উদবগুম লৈনৈ।

৩।১০।৮৪

## কাকচৈফুগী ৱাথন

কাকচৈফু মচীন কং-কং হাইরবুনা মচীগ্রাক থিরক্লম্মি। নোয়-পোল্লবা নীপা অমা থেংনরবুনা মফি মরক্তা তুমিন তপ্না-তপ্না কাখংলক্লগা অনোয়বা মবুক মতা ফবহুদা মফম চানা চিক্লগা ঈ চুপ্না হৌরক্লম্মি। নীপাহুনা খঙলক্লহুনা মফুরিং মমুংদা মথুং থিংজিল্লগা কাকচৈফু লৌথোক্লবা লাক্লরম্মি। মবুক থম্রিবা কাকচৈনা নাম্থোক্লনবা হেক ঙমজবমখৈ কন্না চিক্লহুনা মপুক্লীংদা খল্লম্মি—

"কয়াদা কংথিত্রবা মীনো? মানা মপুম্সি চুপ্না অতোন-অতাং, লাইরবশিংদগী ঈ চুপ্নদি করিস্ম নাচুংদে; এনা হৌজিক ঙহাক্তং মঙোন্দগী থজিত্তং চুপ্নসিদদি লৌথোকদৌবগী হোৎনরি। কংথিত্রেদা মসে।"

১৪।১।৮৫

ৱারী শিকক্ল,'৪৫

## শহীদ

"করিগীনো ময়াম পুন্নমক্লা অস্নুক কিথি-কিরুম তৌহ্না নীংহন্নরিবা ? ঐখোয় চঙশিনগদবনি, ঐখোয়গী ঈহৌ লেপ্পা য়াদে। নোংমদি শিরগদবা ঐখোয়না শিববু অস্নুক কিরিবা করিগীনো ? ঐখোয় অমা শিগ্রগা ইরমদম অসিগী, ইজাতিগী অফবা পুরক্কনি হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্লা খনগদবনি।"

নেতা শাবা খুদিংমক্লা হন্না হন্না হায়বা, লাউবা ৱাফম্নি। মশানা য়াজদবা কয়াবু স্কুল-কলেজদগী, লম্বীদগী, কৈথেন্দগী নমহ্না হোইহ্না পুরকপনি। মখোয়বু ক্বিবদগী নাম্থোক্লবা তাপ্পা ফংদহ্না লাকপনা অয়াম্বনি। মখোয়গী ঈহৌহ্নবু থিংনবা লৈরম্বা পুলিস ময়াম উবদা নেতা শাবশিং খুকউ শেল্লি, লাউবা অমদি চঙশিনবদি লেপতে। লাকশিনবা ঙম্ক্রবদা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্লকখি। নেতা শাবা লাউরম্বশিং মাঙখি। হোইহ্না পুবিরকপা মথোঙ-মরম খঙদবশিং অশোক অপন নংখি ; অমা-অনী শিখি।

হুমিং খরনি লৈরগা নেতা শাবশিং লোইনা থোরকই। মখোয় অমতা শোক্নমদে। মীয়ামগী মীতিং পাঙথোকই। মখোয়না মখনাউ তৎপমথৈ লাউই—"ঐখোয়গী ঈহৌ অরেম্বা ওইরোই। (শিখিবশিংগী মমিং পল্লগা) ...... গী পুন্সি-বলিদান লেম্না মাঙলোই। মখোয় ইরমদম অমদি ইজাতিগীদমক শহীদ ওইগ্রবনি। মখোয়বু ঐখোয়না কদৌঙৈদস্নু কাউফরোই।......চৎলোকো হে অথৌবশিং ! ঐখোয়স্নু নখোয়গী মার খোঙ্গুন লীরক্লে।'

৫।২।৮৫

৪৬, ৱারী পিকক্র

## শোয়দনবা

প্রোফেসর থম্বৌ ছাত্রশিং ত্যুশন তৌবদা হাইফেৎ মমিং চৎলি। অয়ুক্তা ছাত্র য়াঙখৈ-য়াঙখৈমুক্কী খেফম অনীরক্কি ; হুমিদাংদনা অমা। তম্বিয়ু হায়হনা লাকপা ছাত্রশিংগী মশীংদি ঈশিং ঈচাউনি। প্রোফেসরগী মতম লৈতবগী রাতনি। মচান্নুপীবু তোঙান্না লাইব্রিক্ত তাকপিনবা মতম ফংদে। হুমিদাংগী খেফমদা মচান্নুপীস্নু য়াওই।

নোংমা মচান্নুপীনা হংঙি—"বাবা, চপ মান্নবা তোপিক অমবু কলেজদা তাকপিবগা য়ুমদা তাকপিবগা মান্নদ্রিবা করিগীনো ?

প্রোফেসরনা—"তপ্না ঙাংঙু। পঙগন্নু, পান্দমগী মতুং ইন্না খুৎতম্বী থেন্নবনি। কলেজগীনা তলব শোয়দনবা ; ত্যুশনগীনা ত্যুতোরিয়েল ফী শোয়দনবা।"

১০।৩।৮৫

## প্রোপর চেনেল

ওফিস হেক কারকপগা হেড ক্লর্ক তোমচৌনা পিওন তোম্ববু কৌরগা হায়—

"তাতোম্বা, ঙসিদি নঙোন্দা থবক অমা শিন্নগে। কাউবা য়াদে। মহান ঐনা ফাইল অমা সাহেবতা থাজিনখিদনা। ঙরাং ময়ুমদা সাহেবতু উন্নহল্লুরবনি। য়ারবনি। হেক লাকপগা সাহেবতা থরা নীংশিংঙু। সোই হেক তৌবগা ঐগী ইনাক্তা পুরকউ। ঙসি ওর্দর থোকদবনি। লৌবা লাকনি।

"হেড ক্লর্ক বাবু, ঋা অমতা হায়জগে। ঐস্মু ওফিস অসিগী কর্মচারী অমনি। তবল য়াম্না পিকপা পিওন্নি। য়ুমদা মুপী-অঙাং থাক্লি। লাক্লিবা মীশিংদো পিওন তোম্বা উন্নরুচো হায়তুনা থরদি হায়বিরকউদা। মথোয় ঐগী ইনাক্তুসু লাকচসনু কৈদৌবগে।"

ঋারৌরপ তৌনা পিওন তোম্বনা হায়রকপনি।

তোম্বগী মপুক্লীংগী ঋা থঙলবা হেড ক্লর্কনা ওর্দর লৌবা লাকপা মীশিংতু পিওন তোম্বদা ওফিসারগী কাদগী ফাইল পুথোরক্লবা হায়নরু হায়না থাখি।

২৪।৮।৮৫

শারুমচৎ

খ্বাইরম্বন কৈথেনগী লাইরেম্বীনা অহিং অথেঙবদা কৈথেনগী কাচিন অমদা হিক হিক কপলি। মাগী মতৌ উবদা অঙাওবী অমনা চঙশিল্লক্তুনা হংলে—"কৈদৌরে কপ্লবদি? নঙস্তু ঐগুম্বা শারাক তম্বিগ্রবী অমরা? তৌরম্নি লমশাই মচাশিংদো। মখোয়দা অখাকপা হায়বত্থু অমতা লৈত্রবনি।"

তাঞ্জাহুদা মখোয় খরা থাউমৈগী মৈঙান্দা নোক-খেত্নুনা করিস্তু থৌশাদনা কৈথেন শনগী মতৌগুম চৎখি।

১০। ৯। ৮৫

## ৱাকৎ

মেত্রিক পরীক্ষাগী ফল হায়দোক্লে হায়রূনা মফম খুদিং ৱা-ৱা লাউনৈ। চাউবীসু মচাগী ফল খঙনীংদুনা মচানীপা ৱনজীৎতা হংঙি — "ইবুংঙো, নঙগী পরীক্ষাগী ফল কমদোৱে ?"

ৱনজীৎনা শাউৱংননা খুম্নকই—"হংলক্কনু। ঐনা হায়বদা য়াবিৱবদবু ঙসি মসি থোক্কদৱা ? ইনভেজিলেতৱ ওইগদবা, চে য়েংবা য়াওগদবা ওজাদা ত্যুশন তৌবদগী ললিতখোয়, তোম্বখোয়দি পাস তৌগ্রে। মখোয়না ঐভোন্দগী হেন্না লাইৱিক ফবসু নত্তে।"

অপঙবী মমা চাউবী মচানীপাগী ৱাকৎ অদু চুম্বাই নীংঙি। মচানা ত্যুশন তৌগে হায়বদা শেন লৈতে হায়রূনা য়াখিদবদু হৌজিক্তা নীঙম্লক্তে।

৪।১০।৮৫

## তলগী ৱাখোক

য়ূম্লোন্নবগী য়োংজাউনা চপ মান্নবা য়েনবিবগী নামাদা তল লোইনা চাথোকপিগ্রবদা হৱাইমানগা থম্বান্নুগা ইশুক শুকথরহুনা হল্লক্লম্মি। মখোয় অনী ৱা ঙাওনদে। অনীমক্কী মপুক্লীংদা য়োংজাউদা লমন খুম্লীংবগী ৱাখন পোক্লম্মি। করম্না লমন খুমসিগে, সিনি মখোয় অনীনা তুমিন-তুমিন খল্লিবা। শক্তি লৈরবা য়োংজাউসিদা হৌদোংমচা মখোয় অনীনা করি তৌবা ঙমগনি? খনবা মখৈ খল্লগা পান্থৈ লৈরক্ত্রবদা হৱাইমান্না থম্বান্নুদা শাউরকই—"ঐনা খজিক্তুং হেন্না লৌবদা নঙনা শাউরক্লমদ্রবদি মসি থোক্লোইদৌবনি।"

"নঙদি করিগী হেন্না চানীংলিবা? নঙনা হেন্না চাগে হায়রমদ্রবদি ঐখোয় অনী খৎনরমগদ্রা?"

অমনা অমদা মরান শীনৈ। ঙাওনরম্বদগী শাউগৎনরকই, চিক্নরকই। মখোয় অনী উনবা য়ারক্তে। হেক উবদা অমনা অমদা......... ।

য়োংজাউনা নুংতিগী উশাদা তোংলগা কুমহৈ য়েংঙি।

৫।৩।৮৬

## মরান

—নচাগী লৈফম তাকউ।

—খঙদে।

—খঙদে হায়বা য়াবরা? খঙফম থোকই। নচা পোকথোক্লগা নীংথিনা য়োক্তবদগী থোক্লিবা নত্রা? ঐখোয় ফাওবা তৃক্ষম-চাফম খঙহন্দ্রে।

—মপানি হায়দুনা ঐবু ফুরগা, ফারগা করি কান্নগদগে? ঐ মাগী লৈফম খঙদবা তশেংবনি। নোংমা মহাক্না য়ূম থাদোক্তুনা চৎথিবা মুমিত্তুদগী কদায়দা লৈবগে হায়বসি অদুম খঙখিদ্রবনি।

—অদুম্না হায়রগা নরান কোক্কদবা নত্তে।

—ঐগী ইরান হায়ববু মহাকপু ইচানীপা ওইনা পোক্লুবা অসিখক্তনি।

—ঐখোয় খঙঙি, মহাক নখোয়বু উন্নবা মরক্তা লাক্লম্মি। অমুক লাকপদা ঐখোয়দা পাউ পীরক্তুবদি অফবা ওইরোই।

অথেঙবা অহিংদা ইমুং অদুবু নৈখায়রম্লগা পুলিসকী গাড়ী অদু হনখি।

৭।৪।৮৬

## লাইয়েং খেন্নবা

"তোম্ম, ইন্দোন কমদৌরে? খরা ফত্রিবরা?"

"তামো, হামু-হামুনি; ফভম খঙদেদা।"

"ঐনা হায়বা দাক্তরত্নগী মনাক্তদি চৎলুরব্রা?"

"ইমা পুরগা চৎলুরবনি। নীংথি-মুংঙাইনা য়েংবিরক্তেদা।"

"অয়েংমন্দি কয়া লৌহৌই?"

"তামো, অয়েংমন তিংদে। হোসপিতালদা য়েংহল্লুবনি।

"করিগীনো নঙনা শেন অত্নক লিকশিল্লিবত্নবো? ঐনা ময়ূমদা পুরগা য়েংহল্লুচো হায়রগা।"

"শেন লিকপা নত্তেদা তামো। ময়ূমদা চৎলুরবনি। খরা থেঙ-দোকপ্রে। হোসপিতালদা দিউতি তাই হায়ত্নুনা ঙন্না চৎখ্রে হায়না ময়ূমদগী হায়রকই। ঐস্মু অত্নম ইমা পুরগা হোসপিতাল য়ৌরবনি। মঙোন্দমক য়েংহল্লকপনি। তামোনা হায়বত্নগদি য়াম্না খেন্নে।"

"নত্তেনে তোম্ম, খরা ঙন্না চৎলগা ময়ূমদা অমুক্তা য়েংহল্লুনে।"

"তামোনা হায়রবনিনা চৎলুগে। অত্নদা হামু হামু········।"

"করিগী হামু-হামুনো? পঙভিদকো নঙসে। হোসপিতালনা হোস-পিতালনি, য়ূম্না য়ূম্নি। ময়ূমদা চৎলবদি শেন পীরোইদ্রাও? লাইয়েং খেন্নবনিনে ইবুংঙো।"

"ও, মত্নমদি ঐ খঙলুদ্রে।"

১৫।৬।৮৬

## ঐ শিনিংত্রি

"ইবুংঙো ইবোতোম্বী, চঙলকউ-চঙলকউ। ইনাউদি উদবা কুইরেদা। কনানো ইবুংঙো অসিনা?"

"তাইবুংঙো, ননাউগী নীপামচাহুনি। কাউবিরব্রা, তাইবুংঙোনা মেদিকেল মিনিস্তর ওইবিরিঙৈদা দাক্তর তম্নবা সেলেক্সন তৌবিখিবদো?"

"ও, মতমহুদদি মহাক নৌরিদনা। হৌজিক্তি কয়াম চাউরে। পোস্তিংদি কদায়দা তারিবা?

"ককচিংদা। চয়োল অমগী ছুতিদা য়ুমদা লাকপনি। তাইবুংঙো ঙমদে হায়বা তাবহুদা মাবু অমুক্তং য়েংহঙগে হায়হুনা ইপা-ইচা লাকচবনি।"

"হুম, ইবোতোম্বী, নয়াম্বা মতম খরদং হিংখিগে।"

"অহুনবু তাইবুংঙোগী অনাবা য়েংহনগে হায়হুনা ইচানীপাবু পুরকপনি।"

"নত্তে ইবোতোম্বী, নঙগী নচানীপাহু মেরিটতা খনখিবা নত্তে। নঙনা কন্না হায়মনবহুগা, ঐস্তু ইলেক্সনগী শেন খরা দরকার ওইবহুগনা মঙোন্দগী হেনবা ময়াম অমা হুন্দোক্লম্লগা মাবু খনখিবনি। মামক্লা ঐধু হেক লাইয়েংবদি ঐ·········।"

"তাইবুংঙো, মাস্থ এম বী বী এস কী দিগ্রীদি পায়জরবনি।"

"ইবোতোম্বী, নখোয়গী দিগ্রীকা ঐ খঙদে। ঐনা খঙবা হায়ববু নঙগী নচাহু ঐনা শেন লৌরগা খনখিবনি। মেরিটতদি মা অা মনীংদা লৈবনি। ঐ শিনীংত্রি ইবোতোম্বী, ইয়াম্ববু ব্বারৌগন্নু।"

২০।৬।৮৬

## মতমগী চৎনবী

—পাবুং, করি হায়রকপগে ?

—করি হায়রকনি হায়বগে। মতমগী চৎনরিবসি ঐখোয়স্ু তৌবা তাই।

—পাবুংনা মাগীদমক তৌখিবত্বগী তৌবিমন্দি ?

—মতুনা রাজনীতিনি। নঙগীসিনা থবক থিবনি। ময়াম্না তৌন-রিবসিদগী খরা তাবিরকপদি য়াই।

—মতু থাজদ্রবা ৱানি। মহাক্না লমহূই-লৌশিং তৌতুনা পাবুংখোয়বু শুম্লিবনি। ঐ ইশামক চৎকে।

—চৎলুমু। নঙগী মশাউগন্দুদা উরাউ-থরাউ তৌরুরগা মাগী অয়োকপা হূইশিংতুনা শারাক তমখিনি।

থাম্বা য়াদে, চৎখি। মপাবুং মুংশা থীনা লৈহৌই। হল্লকমন্দে, থিরুগে থোরকপদা মন্ত্রীগী মী য়ৌরকই। হায়রৈ—

"নচানীপাতু লম হেল্লি হায়তুনা খরা ৱারকপ্রবনি। শক-মায় য়েংনবগী মথৱায়দি থাক্লবনি। হোসপিতাল য়ৌগ্রবনি।"

পাউতু তাবদা মুংথিন পোবোপ্তা পুম্মম মম্বগুম তৌই। মমাঙদা লেপলিবা মন্ত্রীগী মীতু উদে।

৩০।৮।৮৬

## ওফিসকী চৎনবী

—ইবুংঙো, ইয়াম্বগীহুবু······ ?

—তাকপিয়ু।

—ঐনা মফমসিদা লাকপা ঙসিগা থানা মঙারক শুরে। অহনগা ওইবগা লম্নগা লাপ্পগা হঞ্জৎ-হন্দা য়াম্না ন্নারে। য়ান্নবদি ঙসিসি লোইশিন্নবা।

—ঙম্বরা য়েংজগে। অতুবু থবকসিনা চিনবসিদা······। নোংমা অমুক লেঙলকপনা ফরোইদ্রা ?

মহাক হায়রিবহুগী অর্থ খঙডি। মহাকসু ওফিস অসিমক্তদা ওফিসার মচা অমা ওইরম্বনি। ঙহাক খল্লি। য়াররোই খঙলহুনা মখুত্তু ফাইলগী চে মরক্তুদা থিংজিল্লগা শোম্থাংননা— ইবুংঙো, চুরুপ্পা চারা অমা······।

কেরানীহুনা হঙোইবা উৎলহুনা—তৌবিন্নু সার। সিগীদমক নচ্চদে। থবকসিনা চিনমনথহুনা তৌবনি।

—ইবুংঙো, ইয়াম্বা খঙডি। চিংনগন্নু, লৌশিল্লু। মসিসু ওফিসকী চৎনবী অমনি। ঐ ঙাইহাক্তুং অশ্বাই ফাওবা থোক্লুখিগে।

হঙ্জিল্লকপদা লোইহুনা থম্লম্মি। চেন্থ পুরগা থোরকপদা খল্লি—ঐ অসে কয়াদা পঙথবা! ঐনা খঙনা-খঙনা হৌজিক্কী মতমগী ওফিসকী চৎনবী ঙাক্লুদ্রে। নহান অহানবা লাকপহুদা অতুম লোইথোকহনবা য়ারম্বনি। ওফিস অসিগী মীওই অমা ওইরম্মি হায়হুনা চৎনবী অসি ঐঙোন্দদি ইল্লোই খল্লুবা ঐগী অপঙবনি।

৩। ১০। ৮৬

**অমম্বদা**

মমশিল্লক্লবহুদা পোৎফম ফম্বী হন্নুবীহুনা মনাক্তা ফম্লিবী মৌনহাহুদা হাইফেৎ হায়খিবগুম তৌই— শোয়দনা লাক্কনি। করিস্নু মুংশা থীরুন্নু।

তাঞ্জাহুদা স্কুতর অমা মনাক্তা থৌজিল্লকই। হন্নুবীনা হায়রকই— লাক্লব্রা? চৎমিন্নখ্রো; ঙসাইদগী ঙাইরিবনি। ঐগী পীরম্বা কাউদ্রনুকো।

—কাউরোইদ্রা।

নীপাহুনা হন্নুবীহুদা লুপা কুনচপ্পী অমা পী। হন্নুবীনা ক্কা মতপ অমা নীপাহুদা পীরহুনা হায়—ইরেঞ্জনা চৎমিন্নখোকো।

মৌনহাহু নীপাহুগী স্কুতরগী মনীংদা ফম্মি। স্কুতরগী চাকা মরি-মঙারক্তুং ওৎপা হৌরকপদা তুংদগী অমনা স্কুতরহু তাপ ফায়; হায়রকই— চৎপা য়ারোই।

—করিগীনো? ঐগী মুপীনি।

—খঙভি। নশানা খঙনা···। নল্রবদি অনীমক লোক অপ—।

নীপাহুনা তরাচপ্পী অহনবা অমা পুথোকই। স্কুতর য়াঙনা থৌখি।

অমম্বদা অমহুস্নু মাঙখি।

২০। ১২। ৮৬

**হরাউদবা**

মচানীপানা হরাউ-হরাউ লাক্লগা মমাগা মপাগদা মহাক ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা বী এ পাস তৌরে হায়দুনা তম্লে। মমা হরাউজে। মপাদি "ফরে-ফরে" হায়রগা থোইনা হরাউবা উত্তে।

নুমিদাং তুম্লমদাইদা মমানা মপুরোইবদা হংডি—"ইচানা বী এ পাস তৌরগা, মহুস্ ফাষ্ট ডিভিজন্দা, মহোয় বাবানা থোইনা হরাউদবসি করিগীনো? ফরে-ফরে হায়রগা তুমিন মরে। ইচাসি মপুক্লীং নুংশিরম্মনি।"

নীপানা তপ্না হায়রকই—"করিদবু হরাউগদৌরিবনো? মাগী বি এ পাস তৌবগী চেজেত্তুনা মাবু মবুক থনবা য়াগদ্রা? হৌজিক্তি থবক থিবিয়ু হায়রক্লনি। শেন য়াওদ্রবদি থবক ফংলোই। কদায়দগী শেন্না থবক লৈগনি? হয়েং মানা নীংবা কায়গদবনু ঙসি ঐদি শঙ-শঙ উরবনি। সিদবু কদায়দা হরাউগদৌরিবনো?"

নুপীদু রা মখা তারকখিদ্রে।

২৯। ১২। ৮৬

## ৱাহং

ইথঙ খঙহৌদনা লৈকাইচুদা কোম্বীং ওপরেসন তৌই। নহারোন কয়া ফায়, রা হংঙি। পঙতেক-শুদকপা কয়া চৈ চায়। শাথীনা শোকপা য়াওই।

হুমিৎ থরনিগী মতুংদা লৈকাইচুগী নহারোন কয়া মাঙখি। মমা-মপানা কন্না থি; খবরদা হাপ্পি। কনাস্থু হল্লক্তে।

মচা কায়নরবা মমা-মপা খুদিংমক্কী থম্মোয়না তঙুনা হংলি—
"ঐখোয়গী ইচাশিং করি মরমদগী ঐখোয়বু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রিবনো?"

২০।১।৮৭

## কেবিনেটকী ৱারেপ

ওথাক ফজনা শাই। নোংতাবা য়াবা মতম ওইরবা ফাওবা তাদে। সরকারগী কেবিনেট মীতিং ফম্মি। ৱারেপ লৌই—ঈকং থোক্লবা লম ওইরে। কেন্দ্র সরকারদা ঈকং থোক্লবা লম্মি হায়না লাউথোকপিনবা তেলিগ্রাম থায়। হকথেংননা উন্নহুনা তক্লক্লনবা রাজ্যগী মুখ্য মন্ত্রী পাই-শিনখি। য়াম্না আশা তৌনা হল্লকখি। হল্লকপা মুমিত্তুগী মুমিদাংহু ঈখঙ খঙহৌদনা নোং য়াম্না নীংথিনা চুখি। অহিং চুপ্পা শুকহাং হাংদে। মথংগী মুমিত্তসু মুমিং মশক উদে। মুমিদাংদা অথুবা কেবিনেট মীতিং ফম্মি। নোংখুত্তাহুগী মরমদা কুপ্পা নৈনরগা ঈচাউ থোকপা য়াবগী পো-সিবিলিতি লৈরে হায়না ৱারেপ লৌই। মথংগী অয়ুক্তা মুখ্য মন্ত্রীনা কেন্দ্রদা ঈচাউনা শোক্লপদবা লম হায়না ওম্থোক্লগা লাউথোকপিনবা তেলিগ্রাম থায়।

৯।৫।৮৭

ওঙ/স্থানী শশিকন্ত

## কুম কাংবা

মী খুদিংমক্না ভাগুনবনি—কুমসিসিবু কুম কাংগদৌরিব্রা ?

লৈক্রক চৎলবা লৌবুক উরগা লৌমীনা মুংশা থীজৈ ; নোঙ্গৌবীগুম অতিয়াদা মীৎ কুপ্তুনা য়েংজৈ ।

য়াম্না কা হেন্নমক মুংশা থীরিবনা ঈচাউ থিংবা লোয়শঙ পুবশিংনি । লোয়শঙসিবু শেন্নরিবা মন্ত্রী কুমসিদি লৈবাক্কী সেবা নীংথিনা তৌবা ফংলরোইদ্রা হায়না য়াম্না মুংনাংঙি । চহী খুদিংগী ঈচাউনা নীংথায়হল্লবা তুরেনগী লোনম্বান থিংবগী থিকা লৌজত্নুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরিবা মন্ত্রীগী মকু-ইবুংঙোনা হেন্না মুংঙাইতে । অমাইবা-অমাইবী তানৈ । মাইবীদা শেনমীৎ হুলহল্লি ।

মীতেক-মীরৌ মুন্না খঙলবী মাইবীগী অশেম্বা ম্রাদা থাজত্নুনা মপুক্নীং ফাথৈ । অত্নুবু মপূং ফানা ফাথবদি ঙমদে । থল্লি—তশেংনমক কুমসিসিবু অস্নুম কুম কাংলগদ্রা ?

১৪ । ৭ । ৮৭

## ফোংদোক্লবা ৱাহং

নোংমৈ পায়বা সিফায়গী গাড়ী মশীং খণ্ডদবমখৈ মরী-মরী থুংলৈ। লৈকাই অত্থ কোয়শিল্লি। মাইক পান্দুনা লাউরকই—"চিংনবা মীওই অনীথক লৈকাই অসিদা চেনশিন্দুনা লোংখ্রে। মী অমতা মপান থোকপা য়ারোই। য়ুমথোঙ খুদিংদা লৈরিবা নীপা মখৈ লম্পাক্তা লোইনা থোরক্কদবনি। কনাগুম্বা লৈহৌবা য়াওরবদি দণ্ডি ফংগনি।"

ঈংনা-চিক্না লৈরম্বা লৈকাইথুগী পুন্সি মীকুপ অত্থদা পুম্নাঙ লাঙখি। নীপা মখৈ লম্পাক্তা মুংশাদা ফৌই। চহী তরামঙাদগীনা নীফু ফাওবগী নীপা মখৈ তোঙান্না খন্দোকই। য়ুমথোঙ খুদিং চঙথুনা চিথ-নাম্থহৌবা থি। চিংনবা নহারোন মখৈ ফারগা গাড়ীদা হাপ্পুনা পুখি। লৈকাইথুগী মীওই অমতনা করিস্থু হায়বা ঙমহৌদে।

ম্নমিৎ খরনি লৈরগা ফাখিবা নহারোনশিং থাদোরকখি। লোইনমক ময়ুম য়ৌরকখিদে। হংনক্লবদা লোইনা থাদোকখ্রে হায়না পাউখুম পীরকই।

২০।৯।৮৭

৬৬/ৱারী পিকক্ল

## ফিদম ঙাকপা

নীলো বাবু চহীদগী ৱাখল্লা অহন ওইজরবা মীশক্লি। লৈকাইগী থৌদোক-ৱাথোক্তা চিংখদে। ৱা ঙাঙবদদি পাখঙ্, ওইরিঙৈদগী অহন মরায় অমা হেল্লি। খৎন-চৈনবা থোকপদা ৱায়েন-মপু ওইজনীংবগী অপাম্বা অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈরকই। নীঙোনগা মৌগা, মনেমগা মমৌগা অমদি মতৈ-মনাউ খৎনবদা অয়াম্বা মতমদা মহাক্না মৌবু মরান শীনবা হোৎনৈ। অতুনা লৈকাইতুগী মৌ অমতনা মহাক খুংশিদে।

নীলো বাবু চহী লিনা ময়ূম পাল্লি। য়াম্না নুংশিনা অমদি পামজনা লৌজবা নুপীনি। কুইদে, মচন্নুপীগা মাগী নুপীগা ঙংনবা হৌরকই। মমানা মচানুপীগী মীচঙ চঙঙি। নীলো বাবু মায়কৈ অনীমকপু থেমজিন্নবা হোৎনৈ। মহৈ য়ানবা ঙমখিদে। মমান্নবশিং অমদি কৈরোল-লৈকাইগী মমাঙদা মহাক মশাগী ফিদম ঙাক্লনবা মরান লৈজদ্রবী নুপীবু মরান শীজল্লগা মপামদা থাখি। মী অমা ওইবগী মহাক্কী থম্মোইনদি তশেংনা খঙঙি—নুপীগী মরান লৈতে, ফজ্রিবদি মহাক্কী মচন্নি।

অতুবু নীলো বাবু মশাগী ফিদমদি ঙাকচরে। মসিগীদমক মশানা মশাবু চাউথোকচৈ।

২৯।৯।৮৭

ৱারী পিকক্র/৬৭

## ঈ চুপ্পা

মীরোল্লবী কাঙবীত্থুদা মাগী মরানা হায়—"পেম্মা, নপুকস্থু তহি-তহি চুপ্পগীস্থু পেনবা নাইদেদকো নহাকসে। তাইবঙ-মীনা খুবাক্কা থারক-পদা নথরায় মচাত্থু মাঙত্থুনা তোক্লরনি।"

"ইবুক্তা নাউপুরিবা ইরুমশিংসিগী খন্দুনা চুপলিবনি। নখোয় নীপাদি ঙাঙবদনি, ঐখোয়না রারিবসি নখোয় নীপানা খঙবিবরো।" কাঙবীনা রারৌরপ তৌনা খুম্মি।

"নরুমশিংত্থুগী নামাদা থীবোঙ য়াওমল্লে, নথরায় মাঙজনি হায়বিব-নিদা পেম্মা।"

মরাগী রা তাবদা কাঙবীনা থৌশাদনা হায়রকই—"চুপকনি, পেম্মা চুপকনি, ঈনাৎনি। সিবু ইজাতিগী ঈ চুপ্পরো? তাইবঙ-মীদি তাইবঙ-মীগী ঈ চুপ্পনি। ঐদি ইথরায়গীদমক চুপ্পনি।"

৫।২।৮৭

## কোকচাউবী কাবা

রেডিওদু হেক হাংলুবদা হান্নবা ভোল্যুম লৈখত্তুনা লৈরম্বনা য়াম্না হৌনা খোংলকই। পাউগী মতম ওইরম্মি। পাউদা য়াওরকই—"এসেম্বলী সসপেন্সন্দা থমগ্নে। লমদম অসিদা রাষ্ট্রপতিগী শাসন চলাইগনে।"

শকনৌ কোকচাউবী ফুং কায়। সনাহনবীসু য়েন্নাং ওৎলম্বা খাবৈদু পায়রগা মমীৎ-মনা চপ য়ুংবমখৈ চাকশঙদগী চেপ্থোরকই। চাজেনবী কৈ অমোমগুম ঙংলকই—

"হৌজিক্তি ঐগী খায়াত্তা তারেদো। ওজানা থিকাদার ওইনীংলুবা ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবগা চপ মান্নরে। ইরোন-ইরাং তাক্লে। ব্লার্ক ওর্দরদুদা পায়হৌ হায়বসু য়ানি-য়ানি হায়দুনা ··· । ঐ খঙদেকো, ঐগী লৈগা লিকদু থুনা হন্দোকপিরো।"

"হিয়াঙ য়েংলিঙৈদা তুম্বাগী শেন থৌরক্লিবা করিগীনো? নিংফুং-নিংফুং ঙাঙনৈ হায়দুনা ঐসু ঙরাং চৎলুবনি। করিসু তৌরোই মহায়রকই।"

"ও পেঞ্জরে, মন্ত্রীগা সঙ্গ তৌবা। ইনাৎ নত্তনা শঙ্গোম চানীংবা শেন য়াম্না পায়নীংবগী ফলনি। ঐরা ঙমজররোই।"

শকনৌ পাউথুম পীফম খঙদে। সনাহনবীগী মথুত্তা পায়রিবা খাবৈদা মূল্লা য়েংঙি।

৮।২।৮৭

## মহৈগী থাক

নোংমা ইবোয়াইমনা ওজা চন্দ্রগী মনাক্তা লাক্লগা সরকারগী ওফিস শিংগী কেরানী খরা লৌগদৌরিবা অতুদা য়াওগে খন্দুনা দরখাস্ত অমা ইবিনবা হায়রৈ। মতুদা ওজা চন্দ্রনা হায়—"ইবোয়াইমা, নঙবু বী. এ. পাস তৌরবা নত্রা? নশানা ইবা-খোৎপা খরস্তু ভম্মু। অয়ান-অহুই য়াওরবদি চুমথোকপিগে।"

ইবোয়াইমনা পুকচেন শেংনা ওজা চন্দ্রগী মফমদা হায়— "ওজা, ঐ ইগে হোৎনবনি; অতুবু ইবা হৈত্রে। বী এ. ফাওবসি শিন্দুনদা পরীক্ষা থারকপনি। থবক্কী দরখাস্ত অসিমতং ওজানা ইবিয়ু। ঐ শিন্দোকচগে। শিনবা ফাওবদি ফনা নীংথিনা হৈজে।"

ওজা চন্দ্র পুকচেন তিংলবা ইবোয়াইমগী পাউখুমতুদা মথা করি হায়গদগে হায়ফম খঙদে।

২১। ১। ৮৮

## মচা নিঙোন

মীনা হায়নৈ, হন্নুবীত্থু লুপ্পাবী শামু লোইবীনি। নিঙোন ঙাক্তা মঙা পোকই। লোইনা ময়ুম পানখ্রে। মতোমতা লৈ। মচা নিঙোনশিংনা মাবু মখোয়গী মনাক্তা লৈসি হায়। মহাক্না নিঙোনগী ময়ুমদা শিনীংদে হায়দুনা য়াখিদে।

অহন ওইরদুনা শোঞ্জিল্লকই, চাননা অনা লোয়রকই। মচা নিঙোন মঙামক মনাক্তা লাক্তুনা লৈরৈ, থরায় য়াওনা মমাগী সেবা তৌরৈ। মতম্না লাক্লবদা কনানা খাম্বা ঙমগনি। হন্নুবীত্থুগী অরোইবা মীকুপ য়ৌরকই। থরায়গা হকচাংগা খায়নৈ। নিঙোন মঙাগী কপ-লাউবা তাবদা কৈরোল-লৈকাইগী মীশিংসু মপি খাম্বা ঙম্নদে। পোলোইনবগীদমক থরায় য়াওদ্রবা হকচাং মোংফম তান্না পুথোকই। মৈ চূবা ঙাইঙমদে। নিঙোন মঙামক তুরেন্দা জম-জম চোংথদুনা লুপ্লগা মঙ্গারকই। অচোৎপা মশা তৈথোক-পোই-তৈথোক্তবোই ইমুংদা লৈবা উপু-মুংবু ফাকই। থুম্মোক-তাইরুক মথক-মখা ওল্লি। মোন, মোনপাক শেগায়দুনা য়েংঙি। ফদী ফরা ফাওবা কল্লি। করিমতা থেংনদবদা মঙামক ইথক থক্কৎলি, মিত্থুন চেঙ্গুম-চেঙ্গানৈ। অমনা অমদা চিংননৈ। তাঞ্জাত্থুদা নিঙোন অতোনবীনা খঙনীং নীংশিং-লকই—মমাগী মনাদা কোরীদা সনানা পানা য়োম্বা নাইন জুরা অমা য়াওবনি।

নিঙোন অতোনবী কোম্থোঙলোমদা চেম্থোকখি, মোংফম তান্না। মমাগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাংথু য়াওবা কূত্থু শীং মথক্তুদা মৈনা ঙুৎ-ঙুৎ চাক্লম্মে।

১০।৩।৮৮

## এলোৎমেণ্ট

"সার, লম অসি পঙচাউ চাউবদি নত্তে। শহরগী ময়ায়মক্তদনি। সরকারগী ওইবা প্লান অমতা লৈত্রি। মরী লৈনবা লোয়শঙদগী মরী লৈনবা চে-চাং পুম্নমক থিদোকচরগা হাপচরবনি। ঐখোয়গী সংস্থান অসিসু লৈবাক্কীনি। খরা থুনা এলোৎমেণ্ট পীবিনবা তৌবিয়ু!"

মন্ত্রীনা মঙক নোমত্তুনা তৌগে হায়বগী ঈংগিৎ পীখি। অমুক লাক্লবা হুম্মিৎ থাখি।

মথং লাকপদা মন্ত্রীনা য়াম্না নৌথনা হায়খি—"ৱারৌবা য়াদে। হান্নবা অমদা এলোৎ তৌখিরমলে। মফম অমা অমুক থিরকউ। শোয়দনা তৌগে।"

মমৈথঙদা খঙলকখি—মন্ত্রীনা লম এলোৎ তৌখিবা সংস্থান অত্তুগী চেয়ারপর্সন মন্ত্রীত্তুমক্কী তালোয়নি; সেক্রেটরীনা মহাক্কী মচান্নুপীনি; কেশিয়ারনা মহাক্কী তালোয়ত্তুগী মনাউন্নুপীনি। এলোৎমেণ্ট তারিখ য়ৈথৎলগা তৌখিবনি।

৪।৫।৮৮

## শরিক থাংবা

লাই ময়ামগী মীফম্নি।

মৈতৈ লৈবাক্কী লাই মখৈ লোইনা তিল্লে। মখোয় খুদিংমক্কী সমস্যা কয়া পুখোক্কুনা নৈনৈ। অতৈনা কয়া শকখঙবিদবা লাইনাউ অমনা মাগী মায়কৈদগী সমস্যা অমা পুখৎলকই—

“মী হায়বা জাৎসিনা ঐখোয়বু হরাউবিরিবনি হায়রুনা লাওবসিদা তুম্ফম-চাফম খঙদ্রে। নাকোঙ শীংজা য়ৈরে।”

লাই অমনা শৌগৎলদুনা হায়রকই—“ঐখোয়গী মিংদা তাইবঙ মীনা মখোয় মশেন হরাউ-মখোই কাজবনি। য়েংনীংদবা-তানীংদবনা ইমীৎসি তাঙনীংলে, ইনাকোঙসি পঙনীংলে।”

লাই পূম্নমক্না রাফম অসি অরুবা সমস্যা অমা ওইনা থন্নে। হরাউববু শৌগৎপা লাই অমতস্থু চোংথোরক্কে। থাংজিং, মার্জিং, কৌব্রু, খয়াংবা, রাংব্রেন্নচিংবা অচৌবা লাইশিংনা ফাওবা লাইনাউগী রাফম্থু শৌ-গৎলম্মি। মখোয়না রারেপ লৌই—“তাইবঙ-মীদা মখোয়বু হরাউবা তোক্লো হায়রসি।”

রারেপ অসিগী মতুং ইন্না রাফম অমা লাকই—কনানা তাইবঙ-মীগী মনাক্তা চত্তুনা রা অসি হায়রুগদগে ?

তাইবঙ মীগী মনাক্তা চৎকে হায়না মথৌনা ফুদোরকপা লাই অমা ফাওবা চোংথোরক্কে। পূম্নমক তূমিন-তূমিন লৈনখি।

৬। ৫। ৮৮

চুঙ্গোয়

—করিনো নওনা তৌরিবসে ?  কদায়দা চৎলুই ?

—নিশাবন্দগী মীতিং চৎলুবনি ।

—করিগীনো অস্থুক লম হেল্লিবসিবো ?  মখোয়গী নিশাবন্দত্থ য়াওবা য়াদ্রে হায়দ্রো ?  নপাম য়োগেরাও ?  করিগীনো হায়মনি, নওনা অস্থুক লম হেল্লিবসিবো ?  হা ?

—করিগীনো উরাউ-থরাউরিবসিবো ?  কৈরোল-লৈকাই তাখিনি ।

—উরাউ-থরাউদনবা ঐনা হায়বা ইনবা য়াদ্রাও ?

—য়ুসিদা থকপা তোকপিরো হায়বসিবু য়াব্রাও ?

—ঐবু ফাগে সিনিনে ।  মীতিংদা ঐবু ফাননবা ব্রা খন্নরুব্রা ?

—ঐনা নিশাবন্দ য়াওরমদ্রবদি নহান্না কৈরোল-লৈকাই মমাঙদা খোঙ্গোইনত্থনা থানা য়োরদৌনি । মীশক-মীমায় য়েংনবগী ঙসি ফাওবা··· ।

—অওইবরো ?

খরা তপথরত্থনা হায়রকপনি ।

—নত্তবদি ।

—অত্থদি নও সেক্রেটরীত্থ ওইনবা হোৎনৌদনা ।

২ । ৬ । ৮৮

রারী পিকক্র/৭৭

## তম্বিবা

পাউ লাকই—মহাক্কী অমতা পোকচবা মচানীপা ফি য়োনবা হুকান অমদগী ফি লৈবা চঙশিন্নরগা ফি হূরাল্লুবদগী পুলিসনা ফাখ্রে।

পাউদু তাবদা অহনবী হৌগ্রবা পুন্সিগী তাংকক অমা মশেন-মরাং উরকই।

লাইরমনবদগী শম্বন ৱাংমদগী মখুৎ থিংজিল্লগা য়ূম্লোন্নবগী ইংখোন্দগী য়েন্দেম মকা থৎপা, সন্ধ্যা য়াচঙবদা য়ূমথংনবগী শম্বন শৎপা, পিক্লিবা মচানীপাদা তুমিন পুশিলহনখিবা, মচানীপানা মীগী ইংখোন্দগী য়েন্সাংনাপী থৎলকপা অমদি তারম্বা কোল-লিক পুহনা লাকপদা করিস্মু হায়দনা মহাক্না তুমিন ইমুংদা পুশিনবা,··· । মথং-মথং কয়া অমা।

খঙনা-খঙনা জ্ঞান তাবা ঙমখিদবদু ঙসি মচাগী পাউ তাবদা জ্ঞান খঙতা তাবগুম তৌরকই।

৩০।৭।৮৮

## অঙকপা

স্কুলদগী হল্লকপদা লম্বীদা অচৎ-অওকশিংবু থাম্লগা থি-হুম্বগী থবক চখরম্বা থেংনরুই। কিরহুনা চেনগে তৌরুই। তাম্নহুনা ফাখি, খরা থীনা ফুবিখি।

মথংগী মুমিত্তা থাদোরকখি।

ময়াম্মা ঙক্লিবদি অঙাংহুগী লাইরিক-খাউদা য়াওবা লাইরিকশিংনা হেন্দ-গ্রেনেদ অমদি নোংমৈ মরু, ফুরিৎখাউদা থেৎপা কলম্না চাইনীজ মেড পিস্তোল ওল্লু য়াখিদবহুনি।

মহুমক্তা মহাকপু থাদোরকপনি।

১৮।৮।৮৮

রারীষ্টপিকক্র/৭৯

## পারী-পুরী শিরা

তুনান থোকচাউ (মরক মরক্তা থোকচোমচাস্নু হায়) হন্দক-মরকসি থবক চিনবা হেনগৎলকই! শাজৎ-লীচৎ হান্নদগী হোৎলে, মশম খাকলে, ফিজেৎকী মচুনা অমুবা। ফৈজোম খুকউ মখা ফাওবদং শেৎলি, কোক-য়েৎ ফৈয়েৎ য়েৎলি, ইনফি খাউন ওল্লগা ইল্লি, খোঙউপ তোংদ্রে। মাগী হোংলক্লিবা মওং অসিদা কৈরোল-লৈকাই ঙকনৈ। মাগুম্বা মওংগী মীওই খরস্নু মাগীদা হেক-হেক লাকই। নোংমদি মখোয়গী কোম্হোঙদা সাইন-বোর্ড অমা থেৎপা থেংনৈ। সাইনবোর্ডকী মরোন্দি—

"পারী-পুরী হৌরকফম থিজিনবা লুপ"

সাইনবোর্ডতু হেক উরুবদা মহাকপু মশক মুন্না খঙবা অহন অমনা শোন্থাংননা হায়খি —"নুংশিদা! মথম্মোইসি খাঙবা ঙমদ্রবোই।"

মনাক অতুরাইদা লৈরম্বা নহা অমনা খঙনীংনা হংখি—"ইপন্না অদুম্বা হায়রিবা করিগীনো?"

"তুনানসি অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী মপাতুগী মচা নত্তে হায়না মীনা মুশুক-মুশুক ঙাঙনখি।"

অহন্দুনা খুম্নকখিবনি।

২৫।৮।৮৮

## লাইরিক য়োনবা

পীথোরকপনি খঙদে, মশানা পামজবদগীনি খঙদে, কবি হায়বত্থুদি ওইরে। পল্লিশর লৈতবা লমদা পোক্লুবনা ইরুবা শৈরেং-লাইরিক্কী পল্লিশরস্থু মশানা ওইরে। মশাগী তুকান লৈজদবনা লাইরিক য়োনবা হায়বত্থুদি ওইদ্রি। খঙন-চান্নবা, উন্ন উন্নবশিংদা খুদোন তৌত্থুনা পাইনখি। ষ্টোরদা খরা থমখিবত্থুগী শেন থৌবা চৎপদা তুমশিনখিবা সাইকলগী তায়র মত্থুং শিঙ্গিনবা ঙমদ্রি।

নোংমা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা মাগী নুপীনা তৌরম্লিবত্থু উবদা পাখত্তুনা চেনশিল্লি। সাইকল ষ্টেন্ড থারমদে, শৃমাঙদা বোম তুহৌই। খাম্বা নংঙৌদে, শেন থীনবা হোইরম্লে। মহাক উবদা মাগী নুপীনা লাইরিক লৈরিবা ময়াং নীপাত্থু ঙম্‌ চংখিনবা তাল্লি। মহাক্না ব্রা ঙাঙগে হায়ত্থুনা মযা কাখৎলকপদা মাগী নুপীনা হায়রকই—

"লাইরিকশিংত্থু লোইনা শিংথ্রবনি, কিলোদা লুপা অনীগী চাংদা। লুপা অনী মখায় পীয়ু হায়রবু শিরেমখৈ য়াদে। উচি মকোন শাদৌ শরুক শিনা ফরে। শেনসিদি ঐ থবক অমা শীজিন্নরগে।"

ব্রা অসি হায়রত্থুনা মাগী নুপীনা অশিংপা শেন্দু থরক্তা য়েপশিনখি। মহাক্না তুং হন্না য়েংথোকখিবদা খাউ শানবা চে লৈবা ময়াং নীপাত্থু কোম্থোঙ ব্রাংমা লানখিরম্লে।

৩।১১।৮৮

ব্রারী পিকক্র/৮১

## দিমান্দ

ওজাশিংগী এসোশিএসনগী ষ্ট্রাইকনি। দিমান্দ কয়াগী মন্থুংদা য়াম্না মরু ওইবা অমদি নন-ত্যুতোরিয়েল এলাউন্সেস পীয়ু হায়বসিনি। সরকারগা য়ানবা পুরকপা ওমত্রিবস্নু দিমান্দ অসিদনি।

মহৈ-মশিং মন্ত্রীগা ওজাশিংগী মীহুৎকা উন্নবদা মন্ত্রীনা হায়—"ওজাশিং য়ূম-য়ূমদা অতুম ছাত্রশিংবু ত্যুশন লৌবিয়ু। ঐনা সরকার অসিদা লৈরিব-মখৈদি ওজানা ছাত্র ত্যুশন তৌবা য়াদে হায়বা আইন অমতা শেম্লোই। অইবমক পীত্রবস্নু মসি ঐগী অচেৎপা এস্যুরেন্সনি। শেনস্নু এলাউন্সেস-তগীদি ত্যুশন লৌবতুনা হেন্নতুম ফংগনি।"

ওজাশিংগী মীহুৎনা হায়—"অতুদা সার, ওজা খুদিংমক্কী মনাক্তা ত্যুশনগীদমক ছাত্র লাক্তে।"

মন্ত্রীনা হায়—"মহুদি মন্ত্রী অমদি সরকারগী দায় নত্তে। ওজাশিংগী মকমদা ছাত্রশিংগী মীচঙ-মীথায় নাইবা রাখল অমদি ওজা মশানা প্রোপেগন্দা রাৎপদগীনি। মহু ফাওবা সরকারদা তাইনররদি য়াররোই।"

য়ানবা পুরকপা ওমখিদে। ওজাগী মীহুৎশিং লৈবাক শীনবা থুংনা বন্দ তৌগনি হায়বা ধমকী অমা তৌরম্লগা মন্ত্রীগী কাদগী থোকখি।

৫।২।৮৯

এরাবী পিবজ্যাচং

## সর্টিফিকেৎ

মচানীপাদু হৌগৎমন্ত্রে, হৌদোক্কে হায়দুনা চঙলুবদা ফমুংদা মচানীপা লৈরমদে। ফম্মাঙ্‌দা চে খরা মৈ থাখিবগী তাম্থি লৈরম্মি। মুংশা থীনা মপুরোইববু কৌরকই। মপুরোইবা রাজো কাদা চঙলকই। চাকফাত্তবা চে মচেত্তুগী তাম্থিদু মৈ থাদোকখ্রবা সর্টিফিকেৎশিংগীনি হায়বা খঙলকই। তেবল মথক্তা চিথি অমা লৈরম্মি—

"লাইরবা ইমুংদা পোকপা ঐনা সর্টিফিকেৎশিংনা থুৎলাই ওইরগা পুন্সিগী লানফমদা মায়োক য়াগনি খল্লুবা অরানবা ওইরম্লে। সর্টিফিকেৎ-শিংসি ফংনবা তানবদা কেম্লবা পুন্সিসে অনৌবা পুন্সি অমা থিবা চৎলে।"

রাজো চিথি পাবা লোইফাত্রি। মনাক্তা লেপ্পিবা মহাক্কী মুপী লেকথরকই।

১২।৬।৮৯

# মান্নবা অধিকার

খো-খো নাখোক্লুনা মুংঙাইনা তুমলিবা মাগী নীপাবু লৈমহন্না মশা নোম্ন-নোম্নহুনা হৌদোক্লি। মাগী নীপানা মমীৎ উইরুম-উইরুম পাঙলগা করিনো হংলকই। লৈমহন্না হায়রকই—"মপান্দা শ্রো-শ্রো য়াম্না তৌরে, করিনো অমুক্তা য়েংলুচোবা।"

"নঙ হেক য়েংলুচোদনা।" মাগী নীপানা হায়রকপনি।

"অমম্বদা কিজেনে। অহিং অম্মুক থেঙলবসিদা।"

"করিগী কিরিবনো? নঙস্মু মী নত্রো?"

"অদু ওইরবস্মু নঙনা নীপানিদনা, ঐনা নুপীনি।"

"নঙবু লৈশারিঙৈদা রুমেন লিবর্টিগী লুচিংবী ওইরকপদাই। ঐ কাউদ্রি; নঙনা হায়খি--"নীপা-নুপী চপ মান্নে, হীরম খুদিংমক্তা অনীমক্কী চপ মান্নবা অধিকার লৈ। নীপানা নুপীবু নমথবা য়ারোই। ইমুং-মন্নুংগী থবক-ইনখাং নুপীদা ঙাক নমশিনবা য়ারোই, নীপাস্মু তৌগদবনি। অনীমক মীনি, মীগা মীগা খেন্নদে।"

"করিনোনে ভাষণ পীহুনা লৈরিসিবো?"

"ভাষণ নত্তে, অধিকারগী রাফম হায়বনি। ঐ মী অমগী অধিকারদা থুৎ থিংজিন্দে লৈমহন। নঙস্মু ঐস্মু মীনি, নঙনা অহিংদা মপান্দা থোক্লুনা তারিবা মখোনসি করিনো য়েংলুবদা ঐ থিংদেকো।"

ফৈজুপ চিংখৎলগা ফিরুক খুমজিনখি। ঙহাক লৈরগা খো-খো নাখোকখি।

২।৭।৮৯

রারী পিকত্র/৮৭

## লান্দুগী মতুংদা

অকিবা ফংলবা লানফমগী মশকুম্মি। গাড়ীগা গাড়ীগা, মাইকা মাইকা ; লাউনৈ, চৈনৈ ; অখাকপা থম্নদে। হায়বা য়াবা হায়রে, রাহৈ লৈতরে মখা হায়ননবা। মতীং ফুদোক্লে ; খুৎ থোক্লবা য়াওই। নুংশা থী। ইমু-নাইমু তানগ্লকপা য়াই। মীশি-মীনা থোকনি তাক্লমগদবা নত্তে। অত্নবু হনবা লৈনদে।

থা খরগী মতুংদা—

মীরেপ ওইখিবা অনীহ্ উম্নে। মখুৎ লোম্নত্লনা নমন্তে তৌনৈ। ফম্মিন্নে, চামিন-থকমিন্নে ; নোকমিন্নে।

খোঙবান চেনবশিংদি হৌজিক ফাওবা উম্নবা য়াদ্রি।

২।১০।৮৯

**ভপথদ্রবা নিংশা**

চহী তরামুক্তা শুরিবা ইনাউচা লৌবুকী চিদাইদা লেপ্তুনা লৌ য়ৈরিবত্থু য়েংলি। 'হয়েংদগীদি চরা হেল্লরোই, পুক থল্লা চাবা ফংলগনি', সিতনি মানা ঙসায়দগী খল্লিবা।

ত্রেলর য়াওবা জীপ অমা লৌবুকী নাকন্দা খায়্রে। মী অহুমথক জীপ্তুগী কুমথরকই। ফৌ হুস্বা লোইফাত্রিঙৈ বোরাদা ফৌ হাপ্তিনবা হৌই। হানবগা ত্রেলরদা হাপখি। হাপচিনবা লোইবগা লৌপুদুনা লৌমীবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়রকই "অরাংপসিনা কম্নদোবা? কুমসিদি কুমসি ওইরে। নোংমৈদি ফুগৎপা ঙম্নবা হোৎনৌ। নত্রবদি লৌ শৎলনি।"

ইনাউচা লৌয়ৈফক মথক্তা তাহৌরিবা ফৌ মরূ খরত্থু উরুরগা তাম্না উফুল মরক্তা চৎথ্রিবা জীপ্তু চিংনা য়েংলগা হায়ফম খঙদনা মখা ক্রক-ক্রক চিকই।

২০।১১।৮৯

বারী পিকক্র/৮৯

**পাম্মন**

পুং মাপল্লোম তাররিগদ্রা ? ঐখোয় অনী সাইকল অমমম তোংলগা হল্লকপনি। মানা খরা থকচিল্লকপহ্নদা ঐ পুক্নীং কয়া লুমদে। লম্বীদা মী ফার-ফারগা মনম নম্বা কাঙবু থেংনরবদি··· হেক হুন্দোক্লম্লগা লাকপস্নু য়াদবগুম তৌ····· করিন্নুংগীনো খল্লবনি। উপায় লৈতবনিনা শেন খরা পীরম্লগা য়ান-য়ানবা ঙাঙনবা হায়বহ্নি খল্লগা লাক্লিবনি। থ্বাইরম্বন কৈথেন ময়ায় ফাওরকপদা নিংকোক-নিংকোক তৌই।

শামু মখোঙদা মী খরা ওম্লম্মি। চঙশিন্দুনা য়েংনৈ, য়েংলম্লগা চৎখি। কনাস্নু থৌশানদে। ইউনিফোর্ম শেংপা নোংমৈ পায়বা খরস্নু লৈবা উই। ঐদি স্বাই লাউই ; খল্লি, শোয়দ্রেদনা। মহাক্তি করিস্নু নাচুংদে, সাইকল থাম্লগা চঙশিন্দুনা য়েংলুই। ভাঙ্গাহ্নদা ইউনিফোর্ম শেংপা নোংমৈ পায়ব-শিংহ্নস্নু মীয়াম্না য়েংলিবহ্নদা চেপথহ্নুনা য়েংলম্লগা তুমিন হন্দোকখি, চৎখি। ঐগী মরুপস্নু হন্দোরকই। ঐনা হংঙি—করিনো ?

—তপ তাবমখৈ থকচিল্লগা থ্রোক-থ্রাক ওরগা তাহ্নুনা লৈরে।

—মহাকপু ফাদহ্নুনা মখোয়না তুমিন হন্দোকখ্রিবসি করিগীনো ?

—ফারুরগা করি কান্নগদৌরিবা ? পাই নাতৎপী অমফাও ফংলোইদবদা।

মরুপকী পাউখুমদা, হংলুবা ঐ ইতোমতা ইকাইরকখি।

১৫। ১২। ৮৯

**মারী পিকক্র**

**থাজনবগী ৱাংমদা**

মখোয় অনী লুহোংবা চহী তরামুক ফারব্রিগনি। নোংমতা থৎনচৈনদে, য়াম্না মুংশিননা লৈমিন্নৈ। নীপাস্মু মুপীস্মু নোং ঙানবগা মাগী-মাগী মথৌগীদমক চৎনখি। হঙ্গিল্লক্লগা লৈমিন্নৈ। মসিনি য়ুম্বান পুন্সিগী মুংঙাইবা। অমনা অমবু থাজনরিবা, অমনা অমদা চিংনবা লৈত্রিবমখৈ য়াইফবা য়ুম্বান ওই। মখোয় অনীগীস্মু য়াইফবা য়ুম্বান্নি, য়াম্না শান্তি ওইবা, তমজনীংঙাই ওইবা।

তাল্লক্নি, নীপাদু শহরগী মতাইদা লৈবা হায়নবী হোটেল অমদা চঙলকই। হোটেলগী মেনেজরনা তাক্লকপা অথন্নবা অরোনবা কাদু তান্না প্রপ-প্রপ চৎলম্মি। থোঙদু তপ্না হাংদোক্লগা চঙলম্মি। মতুং ওন্থোক্তুনা ফম্লম্বীদুগী নীংথিবা শাবান উবদা মপুক্লীংদা লাঙতক্লবা পোক্লম্মি। মহাক্না মনাক তম্না চঙশিল্লুবদা নীংথিবীদু মমায় লৈথোরকই। হেক মীৎ চানবমক্তদা—

"মহাক্না মফম অসিদা মতৌ করম্না লৈরম্মিবা?"
"মহাক্না মফম অসিদা মতৌ করম্না চঙলক্লিবা?"
মখোয় অনীমক্না মপুক্লীংদা হংখিবা ৱাহং ঙাক্তনি।

১৭।১২।৮৯

ৱারী পিকক্র/৯১

# ঐখোয় অনীগী অনী

"অতো, নঙবু লাইব্রিকস্থ ফনা হৈরে। ফনস্থ য়াম্না চাউরে হায়। মথোঙদি ওস্থোক্লা হুকখিদ্রেদা।"

"মাম্মা, নমাকপু ওস্থোক্লা খীনা হায়বিরেদা। ঐনা করি তৌরবগে?"

"নয় মদদি মুপী অহুম লৈ হায়বা খঙঙি। খীনা হায়নববু লমদম্থু লৈ হায়। লমদমা কয়া লৈরিবা?"

"লমদদি অনীদনি।"

"অহুদি অতো, পূন্না নঙগী মুপীসি মঙা শুরেনে। অঙাংদি কয়া শুরে হা?"

"য়ামদে মাম্মা, তরাদনি।"

"এঃ! য়ামদে হায়বা? তরাখক্তো? অতো, নঙদি সরকারগী ওফিসারনি। নখোয়' সরকারগী য়াইফ-য় স্থানগীতুবো করি হায়বা? 'ঐখোয় অনীগী অনী' হায়বা নত্রো?"

"মান্নি মাম্মা, ঐখোয় অনীগী অনী।"

"অহু ·· ··নঙগীদি তরা। নখোয়গী সরকারহুনা য়াবরা?"

"করিগী য়াদদগে মাম্মা। নমাক মমা অমদা অঙাং অনীদগী হেলহল্লদে।"

মাম্মা রা মথা তারকখিদ্রে।

৩০।১২।৮৯

## প্রাইজ লিষ্ট

সাইন্স লৌরগা ভুরেলভ ক্লাসকী পরীক্ষা থাখিবনি। ফল হায়-দোরকপদা ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌরে। দাক্তর তমহনগে নীংঙি। মচানস্থ্ য়াম্না তম্নীংঙি। তম্বা য়ানবা লম্বী থি-হুম্মি। রেট ফনা রাংলম্মি। অতৈ হীরমশিংগীস্থ্ হামু-হামুনি। চান-থক্লবনচিংবা মুংতিগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎচঙশিংগী প্রাইস কন্ট্রোল তৌবদা পুক্লীং অহুক য়াম্না থিংজিন্নবস্থ হীরম অসিদদি ফনা নীংথিনা পুক্লীং থিংজিল্লম্মি। মমল থেৎলম্মি—

| | |
|---|---|
| দাক্তর | লুঃ ৮০,০০০ |
| ইঞ্জিনিয়ার ( সিভিল এন্দ ইলেক্ট্রিক্সিটি ) | ,, ৬০,০০০ |
| শন-দাক্তর | ,, ৫০,০০০ |
| ফার্মাসিষ্ট | ,, ৪০,০০০ |
| বী এস-সী নর্সিং | ,, ৩০,০০০ |
| ... ... ... | ,, ··,০০০ |
| ... ... ... | ,, ···,০০০ |

প্রাইস লিষ্ট উরুবদা মচানা পরীক্ষা পাস তৌরকপগী মুংঙাইজরুরবা মপাগী আশা তপ্না-তপ্না মুংশাদা লেন্না তুম্বগুম তুমশিল্লকথি।

৬। ২। ৯০

রারী পিকক্র/৯৫

## হয়াউজবা

য়ু য়োনবা থিংগ্রে, য়ুগী তুকান পুম্নমক থিংজিনগ্রে তাবদা ইন্দোন চাউবীনা হয়াউবসি করি হংঙুরনি। স্বর্গ মখুৎনা লাম্বা ফংবমুক হয়াউজরবনি। অতুবু মহাক্কী হয়াউজবা তুং কোইখিদে। হান্নদি খুরাহু য়ু থক্লগা, য়ু থকপা মতমদদা ঙাওবনি। হন্দক্তি থক্রবসু মতম পুম্বদা অঙাউবদৌনতা লৈগ্রে, মীয়োন তানা রা ঙাঙনবা য়াদে। ইন্দোন চাউবীগী নুংশা থীবা খম থেংলে। মীনদি হায়, থকপা খঙতোক তোকখিবতুদা তৌরিবনি। অসুম তৌনা হিংদৌ শরুক পীদদি পীথক্লগে খন্দুনা থিরুই। ফংলক্তে। খুরানা য়ু কন্না থক্লিঙৈ নোংমা য়ু শাথীনা ঙাওতুনা লাক্লগা য়ুনা পুম্নপ লুপ্লবা ফুরিৎ শু হায়তুনা পীরকপদা মহাক্না লংশেকখিবতু নীংশিংলকই। কোকফাই কারতুনা কাঙ্খদা তাতুনা লৈরম্মি। মতু কম্থোক্লগা ঈশিংদা লুপশিল্লগা মচুম লৌরম্মি। মচুমতু গিলাস অমদা হাপ্লগা খুরাদা পীরম্মি। মচুমতু য়াউম অমতং থক্লবা মতুংদা খুরানা ইন্দোনবু নুংশিনা কৌরকখি—

"চাউবী……… !"

১৭।৩।৯০

২৬/রারী পিকক্র

## শেগায়বা

মখোয়গী ইমুংগী উংখৎনবসি থা মঙা খরা হেল্লক্লে। হান্নদি লৈকাইত্নদা তমজনফম ওইরম্বা ইমুংনি। মীনা ঙাঙনরম্বনি—মমা-মপানা মচানীপা অনীসি ফজনা য়োকইদা, মরম্না ওক্লিবা, মহৈ-মশিংনা হৈরিবা, লমচৎ-ব্যবহারনা ওম্মোক্লা ফজরিবা। অহন অনীসে খুয়া তুশিংনা শিবা ঙম্নগনি। ইনাক-কৈরাকখুনবা ইমুংগী লাইরিক হৈবী; মশক ফজবী মমৌ অনীনস্থু সেবা তৌরে। চাউচৌগা তোম্বীগসি মরাইবক ফৈদকো।

মতম অমদা ৱারীনরম্বা ইমুং মৌ অনীগী ক্রক-ক্রক য়েংশিন্নবদা লৈক্রক লাওনা চৎলকখি। মাগী-মাগী নীপা মাগী-মাগী নুপীগী মীচঙ চঙখি। হন্নুবা-হন্নুবীগী ৱা কনানস্থু তাবিখিদে, মচানীপাশিংনস্থু, মমৌশিংনস্থু।

মতম অমগী ফিদম্নফম ওইরম্বা ইমুং মতমগী য়াওন্দা ইমুং অনী থোকখি। মরক্তা শম্বন খাখি। চহী মরিফুতরা তানখৎলক্লবা হন্নুবা অমদি চহী মরিফু ৱাংমা লাল্লবী হন্নুবী, মতৈ-মনাউগী থম্মোয় লাইয়ুম মচেৎ তাখি। ইমুং অনী থোকপদা নত্তনা শোল্লবা হন্নুবা হন্নুবী কনানা থাকদগে হাম্নবগী অচৌবা ৱাথোক ওইখি। ময়াম্বনা মনাউদা হায়—"নঙনা অতোনবনি, নঙগা লৈমিন্নফম থোকই।" মনাউনা হায়—"তাচৌস্থু মখোয়না য়োক্তুনা চাউরকপনি, তাচৌগস্থু লৈমিন্নবা য়াই।" মমৈথঙদা নুপী-নুপীগী অয়াবা ফংত্নুনা অমমম থম্নখি—ময়াম্বনা মপা হন্নুবা, মনাউনা মমা হন্নুবী। অস্থুম্না চহী হুম্ফু মুক চিন্ন-চান্ননা পাম্নত্নুনা লৈরক্লবা হন্নুবা-হন্নুবীগী পুন্সি শেগাক শেগায়খি।

পোল্লোইতবু ঙাইরিবা হন্নুবা-হন্নুবী শম্বনগী অহোবদা অমনা অমবু উনবা ফংঙি। করিগুম্বদা হন্নুবীনা শম্বনগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হন্নুবদা হংজে—"করম তৌরিবগে?"

হন্নুবনা তপ্না পাউখুম পীরকই—"নঙবু খরা নুংঙাইরিব্রা?"

২৯।৫।৯০

লেমজফম

শোজাউনা লোনশিল্লম্বা গেটতু হাংদোকহনবদা মতম য়াম্না চঙহল্লি। ইন্সপেক্সন টিম্না চঙলকপদা চৎনা-চৎনা চাউয়েং য়েংবদা পরীক্ষাচু য়াম্না নিয়ম চুম্না নীংথিনা চথবগী মওং উই। ও, সী, না হাথু-হাথু ইন্সপেক্সন টিমগী মেম্বরশিংবু মাগী কাদা পুশিনখি। য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মখোয়বু ফমহল্লি। গ্রেড ফোরদা চা লৌরুনবা হায়খি। কলিকতা নত্রগা দিল্লী-বোম্বেবু য়ৌথ্রবরা খঙদে, গ্রেড ফোর পাক হল্লক্কে। কুইনা ঙাইরবগী মতুংদা ফংবা ও, সী, না য়াম্না পীথক্লীংনা পীথকপা চাচু থক্লগা ইন্সপেক্সন টিম পরীক্ষা তৌরিবা কাশিংদা মথং-মথং চৎলম্মি। ইনভেজিলেটরগী চেকশিন-রা থৌশারুদ্রবা ছাত্র খরা লাইরিক্তগী ফাক্তুনা শিল্লম্বগী শিন্নরকপা মখৌ নীংথিনা পাঙথোক্কে খন্না লাক্লিবা ইন্সপেক্সন টিমগী মেম্বর খরনা ফায়। ও, সী, অমদি ইনভেজিলেটরগী মায়থোঙ তঙাং-তঙাংডি। ইন্সপেক্সন টিম্না হনথ্রবদা ও, সী না ইনভেজিলেটরবু মাগী কাদা কৌশিনখি। ইনভেজিলেটরনা ও, সী, গী কাদগী হল্লরুগা পরীক্ষা হোলদা নোংশাগুম ঙংলদুনা হায়রকই—"অতুক পঙবা নখোয়না করিগী পরীক্ষা পাস ওইনীং-লিবনো? ইন্সপেক্সন টিম্না হনখিবা ঙাইঙমদ্রিধসি করিগীনো? অপঙবা নখোয়গা সঙ্গ তৌবসি ঐখোয়গী লেমজফম করিস্থ লৈরোইদৌরি।"

১।৬।৯০

৯৮/মারী পিকক্র

## ঙমদবা করি লৈবগে

—হৌজিক্তা খাক-লাউরম্লগা তুমিন লৈরবদি কৈদৌরবা ?

—খল্লিবনি, চুথসিরা-চুথগুমসিরা ?

—করিগীনো ?  নকুম-নথা নত্তরা ?

—মাম্নি, অদুবু ……… ।

—কুমথবা ঙমদ্রগা হুমথবিরগে ।  নতেং পাংগে লাক্লিবনি ।

—হুম, ঙাইখো ; খনখিগে ।

—করি খনখিগদৌরিবা ?

—চুথরগুমসিরা সিনি ।

—অদুদি ইকং থোক্লনি ।  ঈকংগী নামাদা শেন কোংখিগদবা য়াম্না লৈরে ।

—চুথরবস্তু অদু মঙায় ।  ইচাউগী নামাদা শেন শাগদবা ময়াম মফৈ নিক্তুনা লৈরে ।

—চপ চানা চুথৌ ; হেলহনগন্নু, ঈচাউ থোক্তনবা ।

—কদায়দগী ?  খজিক্তংবু চুথরুরবদি খুৎশেম্না অদুম ঈচাউ থোকহনগগদবদা ।  তাইবঙ-মীনবু ঙমদবা করি লৈবগে ?

অমুক খুম্ন্‌বগী মথৌ তাদ্রে খল্লমাল্লে, ন্নুংশিং অদুম তুমিন লৈদ্রে ।

১০ । ৭ । ৯০

রারী পিকক্র/৯৯

## খর-ভাত

—কালেন-নোংজু খাক্তে : মামুক নোম্বা কনবা কনাবু লৈরিবগে ? ঐখোয় অনীস্ু য়ারিবমখৈ মতেং পাংবনি। অত্থুবু মাগী ফিবমসি ফগৎ-লকপগী মহুত্তা নোংম-নোংমগী শোকচিল্লক্লে।

মীমুংশি অমগা লোয়ননা অর থংবা শন্দুনা হায়রকপনি।

—মবুক ফমল্লি, য়ারোই। পুকফবগী শরুক থুংদে হায়বহু করিমতা নীংশিংদ্রমাল্লে। মানা ৱাবমখৈ ৱারগা মতোংনা মীনা চায়। ঐদি মসি শুকয়া য়ানীংদে।

তিতিরোম থংবনা হায়রকই।

—মাগী করি উপায়দি লৈবগে ? লৌফম মীগীনি।

—মহুদনি ঐনা য়ানীংদ্রিবসে। লৌফমদি লৌমীগী শুইগদবনি।

—নঙস্ু-ঐস্ু মাগী নত্তে। নহান শনবু লাক্লম্বহু উহৌদ্রব্রা ? হন্দক শনশান শুনা পীদ্রবদি ঐখোয় অনী মঙোন্দগী লৌথোক্লনি হায়রম্বদো ভাহৌদ্রা ?

—মহু শুকয়া য়ারোই। লাক্ত লাকসনু, ঐগী ইচী অসিনা মবুক্তু কোংকে, খঙনি। শেন খরা পায়রগা মখোয়না মনীং পঙতৌ তৌবা য়াব্রা ? শনবুস্ু লৌপুস্ু লাকসনু। হন্দক্তি ঐ তুমিন লৈররোই।

য়াম্না শাউনা শূ-শূ কাম্লহুনা তিতিরোম থংবহুনা হায়রকই।

—নঙগী ৱাফমহু য়াম্না চুম্মি। মতম কুইনা লৈমিন্নহুনা ৱামিন্ন-রক্লবনি। ইমীংসিনা য়েংবা ঙম্লক্লে; ইনাকোঙসিনা তাবা ৱারক্লে। হন্দক্তি মাগী মতেং পাংফম থোক্লমাল্লে।

শাউগনখিদ্রবা অররোম থংবহুনস্ু মরৌ লৈনা হায়রকই।

৩০।৯।৯০

## হূরানবা

"শেৎ !"

মখোন্দু ফনা হৌই।

—সার, ঐনা হূবা তশেংবনি।

—করিগী হূই ?

অমুক্তসু—"শেৎ !"

—চানীংঙাই লৈতবদগী।

—নখোঙ-নখুৎ পাল্লিবসি করিগীনো ?  থবক শূবা য়াত্রা ?

অমুক্তসু—"শেৎ !"

—সার, শূই ; অহুবু কোন্নদে।

—নঙবু হূরানবা কনানা তম্বি ?  হা ?  কনানা ঈনশিনবগে ?

অমুক্তসু—"শেৎ !"

—ওফিসারশিং, কেরানীশিং অমদি লৈবাক ঙাক্লিবা মন্ত্রীশিংনা।

"শেৎ !  শেৎ !!"

নীপাহু মমীৎ তন্দন পাই ; লেকথখি।

২।১০।৯০

## পঙজবা

পুংকক চাউরবা হৈবোং পাম্বীত্থুগী মশাগী কারক্তা লৈবা অমোংপা মরক্কুদা খোংনাং পাম্বীসি হৌরকখিবনি। মতমথুদা মশা-মরেং ফম্না হৌরিবা হৈবোংনা করিস্থু থৌশাখিদে, অহোয়নথুম তাংজফম পীবগী পেঙ্গবা পোকখি। খোংনাং নোংমা-নোংমগী হুম-হুম চাউখৎলকখি। মশা-মরেং মকা লাম্না শন্দোরকখি। হৈবোং পাম্বীগী ফিবম নোংমা-নোংমগী শোকথ-রকখি। খোংনাংগী মশানা শন্দোরকপদা মহাক্কী মশা শন্দোকফম লৈরক্কে। খোংনাংনা মঙোন্দগী চাউবা হেল্লকই, রাংবা হেল্লকই। মকা লাম্না হিংবগী খুদোংচাবা লৈরক্কবদা নিংশাশোর হোনবা রাশিল্লকই। অউবনা হায়নরকই—অসুক মপান ফনা হৌরিবা সনা খোংনাং পাম্বীসিগী মনাক্তা হৈবোংসি করিগী নপ্তুনা হৌরুরিবনো? অথাঙ কনবদা মপা লৈতবা হৈবোং পাম্বী তাবা ঙম্লক্কে। মশাগী আইদেন্টিটি কন্নীংলকই। নোংমা খোংনাং পাম্বীদা হায়রুই—নঙস্থু মপুং-মরৈ ফারে, নঙগী ওইবা মফম অমদি য়েংলো।

খোংনাং পাম্বীনা থৌশাদনা হায়রকই—করি রানো হায়রিত্থুবো? চহী কয়াদগী ঐ মফমসিদা লৈরকপনি।

—ঐনা নঙবু তাংজফম পীখিবনি।

—মথু নঙগী পঙজবনি।

২।১১।৯০

## ড্রামা

মুংতিগী ফোঙবা পাউজেল-চেশিংদা রা-রা লাউনখি—মতম খরগী মমাঙদা ফাখিবা হেরোইন নম্বর ফোর পুলিস কস্তদিদা লোইনা মোইদা ওনখ্রে। মরম চাদে। মরী লৈনবা পুলিস ওফিসার মফম লৌথোকউ।

চরাংনরিঙৈ মতম অসিদা নোংমা কৈথেন ময়ায়মক্তদা এস, পী, না লুচিংবা পুলিস টিম অমনা নীপা অমদগী হেরোইন পেকেট খরা ফাখি। কৈথেন্দা তিল্লিবা মীয়াম্না পুলিসতা থাজদবা উৎপদগী খুদক্তা পুলিস, নীপা অমদি মীয়াম রায়েনশঙ য়ৌরম্মি। রায়েনশঙদা রায়েন-মপুগী মমাঙদা ফারকপা হেরোইন্দু টেষ্ট তৌরম্মি। টেষ্টতা পেকেটশিংদু মোইদা ভাক্তা ওইরম্মি। মীয়াম হাইফেৎ ঙকনৈ। রায়েনমপুনা মোইদাবু পেকেট মচা-মচাদা য়োম্নগা পুবগী মরম নীপাদুদা হংলম্মি। নীপাদুনা মহাক অনৌবা য়ামগী মিল অমগী সেল-রিপ্রজেন্টেটিবনি হায়না পাউখুম পীরম্মি। মরাল লৈতে খঙলবা নীপাদু রায়েনমপুনা থাদোকখি।

ঙুমিত্তুগী ঙুমিদাংরাইরমদা নীপা অদু এস, পী, না পুলিস ষ্টেসনগী গেট ফাওবা থিন্দোরকপদু অউবা অমা-অনী য়াওরবস্তু কনানস্তু খোঁশানখিদে।

৩। ১২। ৯০

## সমাজগী মহিক

রায়েনশঙত্থ মী য়াম্না তিল্লম্মি। নম্বর ফোর গ্রাম তরাগা লোয়ননা ফারবা নীপামচাত্থ জজগী মাঙদা পুরক্লে। জজনা হংবা রাহংগী পাউখুমদা নীপামচাত্থনা লৈবাক্লা ইকাইখুম্নরবা শক্লাইরবা মীশক অমগী মিং পল্লকপদা সরকারগী উকিলনা ফুক হৌগত্তুনা নীপামচাত্থ সমাজ অমদি জাতিগী মাঙনবগী মশক ওইরবা মহিক অমনি, মহাকপু অকনবা চৈরাক পীগদবনি হায়না জজদা তকশিনখি। জজনস্থু খুদক্তা নীপামচা অত্থ নম্বর ফোর ললোনবা, সমাজগী য়েক্লবনি হায়না রায় পীত্থনা চহী তরামঙাগী থবক শূবগী মিয়াং পীখি। পস্থবা তৌদনা পুলিসনা নীপামচাত্থ জেল য়ৌনা পুখি।

রায়েনশঙদা তিল্লিবা মীওইশিং তুমিন-তুমিন লৈনহৌই, মহিক মচা অমখক ফাজিনখিবগী অপেনবা ফোঙদোক্লিবরা করিনো।

২৫। ১২। ৯০

১০৪/রারী পিকত্র

## তুম্বিন-তুম্বিন

খ্বাইরম্বন ময়ায়মক্তদা লৈরিবা ভাগ্যচন্দ্রগী মূর্ত্তিনা শামুগী মূর্ত্তিদা তুম্বিন্না হংজি—"ঐখোয় অনীবু অস্মুন্না স্মুম কয়াম কুইনা লৈখিগদগে ?"

"হে নিংথৌ, ঐখোয়নীদি অস্মুন্না স্মুম মতম পুম্বদা লৈবা তারবনি ।"

"করিগী ?"

"মফমসি মরন্নাইগী ভুকান প্লোট ওস্থোক্লীংবা অঙম-অথৌ ময়াম লুম-ছনা লৈরিবসি করিমতা নীংশিংবিদ্রব্রা ? "ঐখোয়না হেক চখোকপদা......"

ভাগ্যচন্দ্রগী মূর্ত্তি রাখন মুন্না খস্থে ।

৭।১।৯১

## মথৌ য়েম্বোক্লবা

ইম্ফাল শহরগী ময়োনমক্তদা টিকেন্দ্রজীৎ পার্কতা য়াংনা লেপ্লিবা শহীদ মীনারগী মথক্তা মনীং-মনীং শম্মরগা মমায় লোংনা ময়া কাখৎলগা লেপ্লিবা কংলা-শা অহুমগী মরক্তগী অমনা অতোপ্পা অনীত্থদা হংঙি—

"ঐখোয় অহুম্না মফম অসিদা লেপ্তুনা লৈরিবসি ঐখোয়গী ইথৌ করিনো ?"

"শহীদ মীনারগী মথক্তা লেপ্লবনিনা মরৈবাক্কীদমক শহীদ ওইখ্রবা অথৌবশিংত্থগী মচা-মশূশিংসিদা ঐখোয়বু উরগা মখোয়গী মপা-মপুশিং অত্থবু নীংশিংহনবনা ঐখোয়গী ইথৌ ওইরোইদ্রা ?"

অনীশুবা কংলা-শানা খুম্নকপনি।

"মত্থ নঙগী নথৌ ওইয়ু। খ্বাইরম্বন কৈথেন মনুংসে লম অহাঙবা মচেৎ অমতা লৈত্রে। হাঙলিবা হায়ববু শহীদশিংগী মমিংদা ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিগা কাঙজেবুং অসিগদা মঙায়রে। কনা অমত্তা মফমসিং তুকান-প্লোট ওস্থোকপা য়ারোই হায়না লাউবনা ঐগী ইথৌ ওইরগে।"

অহুমশুবা কংলা-শানা হায়বনি।

মখোয় অনীগী য়া তারবদা অহানবা কংলা-শানা হায়রকই—"মচীন খীবা মরৈবাক নীংবা শাশিন্নবা নেতাশিং অমদি মরমচৎ কাস্বা মীওইশিং কনা-কমানো হায়বত্থ খঙদোক্লবা হোৎনবা ঐগী ইথৌনি।"

মাগী-মাগী মথৌ মশক খঙদোক্লরবদা কংলা-শা অহুম্মক অমুক মথৌ তৌবা হৌখ্রে, মনীং-মনীং য়াইশিন্নরত্থনা।

৩।২।৯১

## মীচুং

"লমদম অসিগী মুংশিজরবা মীওই খুদিংমক্তা নোল্লুক্লা হায়জরি, ঐহাক্কী পুন্সি লৈবাক্কী অমদি মীয়ামগী সেবাদা কথোকচরবনি। ঐহাকপু মীয়ামগী সেবা তৌনবগী তাঙ্গা পীনবিয়ু। লমদম অসিগী চাওখৎ-খোঙ-থাংগীদমক থবক তৌজনবগী খুদোংচাবচু মীয়াম্মা ঐঙোন্দা পীনবিয়ু। ঐহাকপু লমদম অসিগী মীয়ামগী মীচুং ওইনা পাগৎপিয়ু। অঙম্বা সেবা তৌজগে। ঐহাক্তি মীয়ামগী মনাইনি। মীয়াম্মা মুংশিবিরবতদা ঐহাক্লা সেবা তৌবা ঙমজগদৌরিবনি। মীয়ামগী পেন্দবা পূম্নমক কোকহঙ্গগে; ঐহাকপু তাঙ্গা অমুক্তং পীনবিয়ু। ঐহাকপু মুংশিবিয়ু হায়না মীয়ামদা খুবাক চাংজো তরা লোন্নচুনা নোল্লুক্লা খুরমজরি।"

অসিগুম্বা লৈশি-লৈথোনবা ৱাহৈ অসি মহাক্লা কয়ারক হন্না মীয়ামগী মমাঙদা মখুৎ লোন্নচুনা হায়খিবনি। মহাক্কী ৱার্করশিংদা অহিং-মুংখিন নাইদনা মহাক্কী পাউজেন অসি শন্দোকখিবনি। মীয়াম মরক্তা থাজবম্মু য়াওখি, থাজদবম্মু য়াওখি। থাজবনা মশীং য়ামখি। মহাক মীয়ামগী মীচুং ওইখি। মীয়াম্মা থাজখি, মহাক্লা ৱাশকখিবশিং মথং-মথং পাঙ-থোক্লক্লগনি। খৌরাংনা ঙাইনখি।

হৌজিক মহাক লমদম অসিগী মীয়াম্মা চহী মঙাগী মপুং ফানা অধিকার পীরবা অশেংবা মীচুংনি। মঙোন্দা পেন্দবা লৈত্রে; অরাৎ-অপা য়াওদ্রে। লমদম অসিগী অপেনবা, ৱাক্ত-পাদবা হায়বচু মীয়াম্মা মথোয়গী মীচুং অমা ওইনা মঙোন্দা লোইনা শিন্নথ্রে। মীয়ামদি হান্ন-হান্নগী হামু-হামু।

১১।৫।৯১

## মিত্রং

মতৈ-মনাউনা তূম্লিঙৈদা য়ূমহু মৈ থাদোকপিরম্লে। তান চানা মীকপ খোরকপদগী হিংহৌবনি। লৈকাই চেনশিল্লক্তুনা মৈ কল্লে। মমিংদদা কনবনি, য়ূমহু লৌবা য়াদ্রে।

তোমচা খঙডি, কনাগী থৌইনশিন্দগী মৈ থাবনো ? প্রমাণ লৈতবগী রানি।

অহিংহুমক্তদা শকহেন চেল্লকই। মুংঙাইতবা ফোঙদোক্লে। অহিং মীশেঙ খাঙহুনা লৈ। নোং ঙানবগা মহাক্কী মীশিংদা উ-তিন লৈহুনা থুনমক তোমচাগী য়ূম অমা শানবা য়াথং পী। ফুরিৎখাউদগী শেন চবুন-চবুন পুথোকই। তোমচা মঙোন্দা তুমিন য়েংহুনা লৈ, মপুক্লীংদদি নোকই।

তোমচাগী মুপীনা শকহেনগী মীনুংশি চাউবা মতৌহুদা পেঞ্জে। খল্লি – ঐখোয়না নহানমখৈ তৌরিবসি ওম্ফোক্লা লানথ্রেদা।

তোমচানা খল্লি—মীখন খুদিংদা মহাক্কী মায়য়োক্তদা থবক তৌরকপা ঐসি হন্দক্তি মহাক্লা ওম্ফোক্লা লায়না লৈথ্রেদকো।

১৫। ৫। ৯১

## খুদোংচাবা

**থাশিরমদাই** ওইশিল্লক্লবদা থানা মুমিত্তা হায়—"থাশিসি ওইহল-লগুমসি ; ঐবু মঙান নীংথিনা ফংহল্লু। খজিক্তা মম্বা য়াদে। খুদোংচাবা লৌহুনা হুয়ানগদোবগী তৌনরিবসি উবদা মীৎ নারে।"

মুমিৎনা ইশি শিনা নোক্লহুনা হায়রকই—"হৌজিকপু অমম্বা-অঙানবা হায়বা থায়রিব্রা ? অঙানবদসু ফোংনা হুবা হৈবা য়াম্না লৈরেনা।"

১।৬।৯১

## খ্বাইদগী তমথীবা জীব

তাইবঙপানসিদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্কী ওইবা মীহুৎশিংগী মীফম্নি। তাইবঙ-মীনা ময়ায়-তাংবন লৌই। জীব খুদিংমক্কী মরমচংকী অফ-ফত্তগী মরমদা খন্ন-নৈনৈ। অমনা অমগী নিন্দা তৌই। খুদিংমক্না মজাতিগী মরমচংপু কনখত্তুনা ঙাওভি। অরোইবদা ময়ায়-তাংবন লৌরিবা তাইবঙ-মীনা ব্রা ঙাওগে তৌরকপদা জীব পুম্নমক নাকন অমদা পুল্লপ লৈখি। মমীৎ উইশিল্লি; মনাকোঙ মেনশিল্লি। মখোয়না অমতা ওইনা হায়রকই—"ঐখোয় নহাক্কী খোয়থুম্বা চীরোন-ব্রা তানীংদে। শক্লোন নাইবা নশক য়েংনীংদে। নহাক্কী অশেংবা নশক খঙলে। নহাক তাইবঙপানসিদা খ্বাইদগী তমথিবা জীবনি।"

৬।৬।৯১

১১২/ব্রারী পিকক্রু

# নিঙাই

বিজান্দোনা সনা-কোম্নুং কারক্কুবা ফনা কুইরে। নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিগী পুক্রীং তয়াং-তশোই। মনাই অমা থাদুনা কৌহল্লুই। বিজান্দোনা হেক থুংলবগা নিংথৌনা ঢাইঙমদনা হংঙি—"বিজান্দো, নহাক্কী অঙাংগী নিঙাইদুবু হৌজিক ফাওবা চল্লিব্রা?"

বিজান্দোনা মখুৎ লোন্নরগা খুম্মি—"ইনিংথৌ, ননাইনা করি হায়নবু হংগৎলসিগে। অঙাংগী নিঙাইদি ফবগী মতুত্তা অস্নুম হেনগৎলক্লি। অমসী মথংদা অমা অস্নুম হেনগৎলক্লি।"

নিংথৌনা হায়রকই—"করি করম্বা নিঙাই হাপকৎলক্লবা? তম্মু, তাসিদনা।"

বিজান্দোনা খুকউ নৈতানা থুরু-খুদক কুম্লগা মঙক নোন্না পাউদম্মি—"তাবিসি ইনিংথৌ! অঙাংনা হায়রি, অঙম-অথৌ মীচঙ-মীথায় নাই, ইচা-মীচা খায়। শেঙ্গা-থুমজা তৌই। ঙাঙবনা অমা তৌবনা অমা, থুৎকা চীনগা মান্নদে। ফমদমক কোন্দুনা মরৈ, লৈবাক-প্রজাগী থন্দে। লৈবাক্কী য়াইফনবা সনা-কোম্নুংদগী কাইথরকপা শেম্ফম্না ফম্নাইবশিংগী পূকৈ চোনখরে। ঙরাংদমক শেম্বা লম্বী ঙসি চৎপা য়াদরে। ঙরাং শাবা উরোকথোং ঙসি মখোঙ তেক্লে। মপুই খোঙবু কোল্লবদি মরান লৈবা মনাইস্নু কনখত্তুনা থম্লে, সনা কোনশেং ওল্লে। মপুনা থাদোকপা চুইথৌনা মীচম শারাক তম্লে। অচুম্বা রায়েন লৈত্রে। লৈবাক-নিংথৌ পাল্লবস্নু পান্দবগা পাংথক্লে। রাফম কুয়াসি হায়দুনা অঙাংগী নিঙাই ক্লনখৎলক্লে। অঙাং থেম্বা য়াদ্রে ইনিংথৌ! মপুই কাদা য়োল্লবস্নু ঙাক-পিহৈবা মপুনা ঙাকপিগনি। অঙাংগী মরানি, অঙাংগী নিঙাইনি।"

নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি তুমিন ফমদুনা লৈ; রা ঙাওদে। নিংথৌনা তুমিন লৈবগী অর্থ বিজান্দোনা খঙনবা থিরি।

১।৭।৯১

## বোরাগী মশীং

থুম-মোরোক খরা নম্বা পোং চাবসি ঐগী অপাম্বনি। মুংথিন পুং অমগী অতুৱাইদা রামু থাদুনা সিনেমা হোলগী নাকন্দা স্তোব অমা তৌরগা বোরা য়োল্লিবা বিহারী পাখংমচাদুদগী বোরা অশাবা লুপা অনীগী লৈহল্লুই। বোরা তরানীথোই পীরকই। ফনা হাউই। মুমিৎ চুপ্পা দুকানগী হিসাব শূবদা মাথা শারবা কোক অসিনা ঙসাইগী বোরাগী মহাউদু কাউবা ঙমদদুনা মুমিদাংৱাইরমদা অমুক রামু থাদুনা লুপা অনীগী লৈহল্লুই। হন্দক্তি বোরা তরাদমক তৌরকই। চানীংনা চাবনিনা ঙসায়দগী হেন্না হাউবোই নীংঙি। মুমিদাং পুং মাপনগী অতুৱাইদা হিসাব লোইশিল্লগা দুকান্দগী থোরকপদা য়ুমদা চাক্না চারুনবা হায়দুনা হোল মনাক্তা বোরা লৈবা চৎলুই। লুপা অনীগী লৈবনি। শুপ্নগী বোরা নীপালখক্তা পীরকই। ঐ ঙকই, শাউসু শাউনীংঙি। অরৈবা খুদিংগী বোরা মশীং হস্থরকপগী মরম মঙোন্দা হংলুই। মহাক্না তপ্পা হায়রকই—

"বাবু, ঐনা তৌজরিবসি কারবারনি। শেন মাঙবা য়াদে। মুমিদাং-ৱাই হেক ওইরকপদগী নহারোন পঙলাক্তা লাকই। বোরা চারৈ, পৈশাদি পীরমদে। মখোয়না চাথোকখিবগী অমাঙবদু বোরাগী মশীং হস্থরগা খরা কুখৎচরিবনি। বাবু, কারবার মুত্তনবা, হিংবা ঙম্নবা তৌজবনি।"

শাউনীংলুবা ঐ ইকাইরকখি। ঐগী ইজাতিগী নহারোনশিংসিগী মাঙথরক্লবা লমচৎকী খল্লুবদা মুংনাংকই। বোরা মতুম নীপান্দু পুরগা ঐ তুম্মিন য়ুমদা হল্লকখি।

১০।৭।৯১

## মচানীপা

অহিংত্থ ফনা থেঙলে। তূম্বা য়াদে। লোকস্থ অহূ-অহূ তত্তনা খূই। মচানীপাগী ৱাখল্লা মহাকপু ঙহাক্তা পোখাহন্দে। নোংয়ায় মতুং পুং অমা তাবগী কাংশি য়ৈগ্রে। মতমত্থ ফাওবা মচানীপা সনামতূম হজ্ঞিল্লক্লি। কদায়দা চংখ্রিবা, করি তৌৱিবা হায়বত্থ খঙদে। অহন ওইরবনা কোয়থি থিরুবস্থ ঙমদে। থিরুবা তারবস্থ কদায়দনো থিরুগদবা। হজ্ঞিল্লকপদা হংলু-ঙাঙলুবস্থ নীংখিনা পাউখুম পীরক্তে। ওনশিনত্থনা মঙোন্দা শাউজিল্লকই। লৈখিদ্রবী মাগী মুপীবু নীংশিংলকপদা মতোমতা তূমিল্লা শোল্লি—"অহনবী, নঙদি ওস্থোক্লা নরাইবক ফগ্রেদা। পুম্নমকসি খঙদ্রে, উদ্রেদো।"

মুপী ঙাক্তা মথং-মথং তারেৎ শুজিল্লকপদা মখোয় অনীমক মুংশা য়াম্না থীখি— ধার মুৎপা তারে। শিরমদাইদা মখোয়গী সেবা তৌবিনবা পিবা অমতা য়াওদ্রে। মাইবা-মাইবী কয়া তানৈ। খুরুম্বা য়াবা লাই কয়া খুরুম্মি। মমৈথঙদা থেঙনা ফংজখি পিবা অমা। তাঙনা ফংজবা মচানি, মমিং থোনখি সনামতূম। লুনা, কেথোক্লা য়োকখি। মঙোন্দা আশা কয়া থমখি।

নোঙাল্লমদাই পুং মরি তাবগী কাংশি য়ৈরকখি। ৱাখন্দা উংনিঙৈ পুং অনী, অহুম তাবগী কাংশিগী মখোন তাহৌদে। নিঙোন তরেৎকী হাক্তক্তা অস্থম্মা অহিং তূমদবসি অমুক্তা তৌরক্তে।

নোংঙাল্লমদাইগী ইচিক হুল্লকপা মতম্মি। মরক-মরক্তা অহন অত্থনা লোক খূরকপগী মখোন তায়—অহূ-অহূ-অহূ ......।

১২।৮।৯১

**শঙ্গাবা**

অহঙ্গাউ মীখন্দা মায় পাকচবা অনীরক্তি শুরে। মানা মন্ত্রী অমুক্তং ওইনীংবসি করি হংঙুরনি। মুখ্য মন্ত্রীদা কন্না নপচবগী মহৈ ফংলে। হন্দক মন্ত্রী-মণ্ডল চাউথোরকপদা মন্ত্রী মচা অমা ফংজরে। মন্ত্রী হেক ওইবগা ফিরান থেৎপা গাড়ী তোংলগা মাগী কন্সটিতুয়েন্সিদা থবক অমতং পাঙথোকপা চৎনীংঙি। য়াম্না থুনা চৎনীংঙ্ি; ঙাইঙমদে। মী থাদোক্তনা মরম থি। পাউ পুরকই, মখোয়গী খুঙ্গিন্দা ঈরম-খোং মচা অমা লৈরিবতুগী উকু চনবতু লোইশিল্লক্লে। অহঙ্গাউ হরাউই। থৌরাং তৌহল্লি, বার্তোন নমহল্লি। 'মন্ত্রী অহঙ্গাউনা উকু শঙ্গাগনি' রা-রা লাউনৈ। নুমিৎ অতু য়ৌরকই। ফিরান থেৎপা সরকারগী গাড়ীদা মনীং-মমাঙ সিফায়গী গাড়ীনা য়োম্লগা অহঙ্গাউ থুংলৈ। খুঙ্গিন্দা শাবা উকু মচাতু মন্ত্রী অহঙ্গাউনা মখোঙনা লাম্থোক্লগা শঙ্গাখি। তেন্তকপা ভাষণ মচা অমা পীরম্মী। মহাক্না হায়রম্মি—ঙসিগী উকু শঙ্গাবগী থৌরম অসি লমদম অসি চাউখৎ-নবগী পায়খৎপা অহানবা খোঙথাংনি।

মথংগী নুমিত্তা পাউপ্পেন-চেশিংদা মন্ত্রীনা উকু শঙ্গাবগী পাউ মরিক চুম্না য়াওরকখি।

৯।৯।৯১

ম্পা ইবুংঙো

শহরগী মী য়াম্না চিনবা লম্বীনি। মখন-মখনগী গাড়ীশিংনা লেপ্পা লৈতনা চেল্লি। অহন অনীখক লম্বীগী রাংমা-রাংমদা লেপ্লগা মমাঙদা চেল্লিবা গাড়ীশিংগী মখোন অমদি মীনিনবু নমহৎলদুনা রারী শারি—

"তাধন, উদবা কুইরেদা, কমদৌরি? খরা মুংঙাইবিরিদনা?"

"ইনাউ, মুংঙাইরি। পুন্সি হায়বসিদি মখন-মথেল্লি। ইনাউবু কমদৌরিবগে?"

"তাধন শিব ঙাইদুনা লেল্লি। ইচা ইঞ্জিনিয়ারগী মপা ওইবা মুংঙাইরে।"

"নঙ্দরনে? ঐস্মু দাক্তর সাহেবকী মপানিনে। শিববু ইনীং ভৌবা ঙম্লবদি করিগী রাক্লগদগে? হৌজিক্কী মতম চহী মতাংসি য়োরবদি মুংঙাই-খোকপা তম্বা তাবনি।"

অহম অনীদু মশীং শুদ্রবা অপৈবা ময়াশিংদু উৎলগা অমনা অমবু তাননবা কন্না-কন্না লাউনরি। মচা দাক্তর সাহেবকী কার, মখোয় অনীগী মরক খায়রগা চৎখি। ঙহাক লৈরগা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী গাড়ীসু চৎখি। মখোয়গী ওয়গী সীটতা মাগী-মাগী মুপীসু।

৮।১১।৯০

# করি থল্লমগনি

হৌজিক্কী অনৌঘা মীরোনসিগী লাই থাজদবা মতৌসিদা লাই মখৈ শাউরে। য়াম্না শাথীনা মনা পায়বা য়াদবমখৈ শাউরিবদি তাইবঙ শেম্বা মপুনি। মীওইবা হায়বা কাঙলুপসিগী ফনবা অমতা তৌথ্ররোই হায়না মপুক্লীংদা চপ য়ুংনা নীংথ্রে। তাইবঙ মী ৱারে। ৱারবা মতমদা মপু মাবু নীংশিংবা তাইবং-মীগী হৌনশানি। অৱাবদগী কনবিনবা থৌনিজরকই, হায়জরকই। মীনুংশি পোকপা লাই য়াওরকই, অদুবু তাইবঙ-মপুগী য়াথং ফংদবনা কনাস্থু করিস্থু তৌবা ঙম্লমদে। মমৈথঙদা তাইবঙ-মপুগী মরৌ লৈবা ইঙ্গিৎ ফংলবদা লাই মখৈ মচা-মনাইগী মরমদা খনবা হৌরক্লম্মি। অদুবু হন্দক্তি মখোয় হান্নগুম্না ভক্ত পুম্নমক্কী মপু ওইবা ঙমদ্রে। মখোয়গী পুকচেনস্থু মরৌ লৈরে। ঐগী মীগী নাইরকই। কনানা হেন্না মখোয়বু নীংবগে, হায়জ-চৎচ তৌবগে হায়বসি মুন্না য়েংলকই। চুম্না হায়জ-চৎচবনবু য়ারক্তে। মখোয়দা কৎলকপা পোৎকী ভেল্যু য়েংলকই। মখোয়দা নপচত্নুনা লৈশী-লৈথোনগী চীরোন্দা কা হেন্না হৈ-শিংবা, কৎলকপা পোৎকী ভেল্যু হেনবা মীওইশিংদতা মখোয়গী থৌজানগী মীৎয়েং থম্লকই।

লাই মরক্তা পুকচেন শেংনা ভক্তশিংদা থৌজান পীনীংবা লাই কনাগুম্বা য়াওদবস্থু নত্তে। অদুবু মহাক মতোমতা নাইতোম তারুবদা ময়াম মমাঙদা অঙাওবা তাগদবত্নুগী খন্দবস্থু য়াদে। অসিগুম্বা লাই অমনা নোংমা মমান্নবা লাই অমদা হায়—

"ঐখোয়না তৌরিবসি ফত্রেদা। তাইবঙ-মীনা ঐখোয়বু করি থল্লমগনি।"

"করি থল্লমগনি হায়বগে? পুম্নমক মখোয়না তম্বিবনি।"

৬।১২।৯১

# অর্থ লৈবা মীৎয়েং

শঙ্গাগদবা ঙহাক্তা ঙায়রবা থোংচু নীংখায়রে তাবদা রাজ্যকী মন্ত্রী হায়নীংঙাই লৈতনা শাউরম্মি। খুদক্তা মী থাচুনা থিকাদারগা ইঞ্জিনিয়ারগা কৌরম্মি। থীম্বা তৌদনা থিকাদার অমদি ইঞ্জিনিয়ার মন্ত্রী মহোদয়গী মনাক্তা য়ৌরক্লম্মি। মন্ত্রীনা ঙংলচুনা হায়রকই—

"করিনো নখোয়না তৌরিবসে? হৌজিক ঙহাক্কী মতুংদা মুখ্য মন্ত্রীনা শঙ্গাগদবা খোংবু নীংখায়রে হায়রিবসি করি মতৌনো? ঐ মুখ্য মন্ত্রীদা করি হায়না পাউথুম পীগনি? ওপোজিসন্নসু ফম থাদোকউ হায়রক্লনি।"

"সার, সারগী মীনি হায়চুনা তাইবুংঙোসিদা থিকা পীনবা হায়বিরকপা মতুং ইন্না ঐনা তাইবুংঙোদা থিকা পীজবনি। সারগী মী ওইবচুদা ঐ কয়া কুপ্না য়েংশিঞ্জহৌদরে।" ইঞ্জিনিয়ারনা মশা কন্নবা মওংদা হায়রকপনি।

"সার, ঐসু থিকা অসিনা শিক্ষম ওইরগা হিংজবনি। মরী লৈনবশিংদা পীগদবা পর্সেণ্টেজগী মতাংদদি শোয়দনবা হোৎনজবনি। অচুগা থোং অসি অস্থুক থুনা অস্থুম্না নীংখায়রক্কনি হায়বা থাজরুদে।"

"ঐনা হায়রিবসে নখোয় অনীমক্তনিনে। শঙ্গাবা ফাওবদদি করিসু তৌদনবা সিমেণ্টতু বোরা অমা-অনীদংদি হেন্না হাপ্লা য়াদ্রাও।"

থিকাদারগা ইঞ্জিনিয়ারগা হাইফেত্তং ফল্লপ য়েংনৈ। মখোয় অনীগী মীৎয়েং য়াম্না অর্থ লৈ।

১৭। ১২। ৯১

## ন্নান্নী পিকক্রগী মরমদা

'ন্নারী পিকক্র !'

ন্নাহৈ অনী অসি হেক তাবদা কনাগুম্বনা খঙনীংলম্বস্তু য়াই—

—কনিনো ন্নারী পিকক্র হায়ববু ?

—ন্নারীগী করম্বা মথেন্নো ?

—য়াম্না তেনবা ন্নারীগী মচন অমরা ?

—তেস্তক-তেস্তক ইবা ন্নারীগী মওং অহুবুরা ?

—খরা তেনবহুদা হেক্তা থোঞ্জিনবা মমিংলা ?

—অস্তুম্না ন্নাহং কয়া থোরকপা য়াই।

কনাগুম্বদদি মমিং অসি করিস্তু নাচুংলমদবস্তু য়াই। ন্নারীদি ন্নারীনিদনা, পিল্লবস্তু চাউরবস্তু। পিকক্র, ককনাউ, অপিখক, পিশক, মচা, অতেনবা, অপিকপা, অচৌবা, অশাংবা—তপশিন্নীংবা বিশেষণ তপশিল্লবস্তু ন্নারীদি ন্নারী অহুম ওইগনি। অস্তুম্না করিস্তু থৌশাদবস্তু কোঙ্গায়নি। মতমসিগী রাজনীতিগী ন্নারী শাবদা কোক শীজিন্নবগুম, মতম মাঙহনবগুম সাহিত্যগী মরমদা কোক শীজিন্ননীংবা, মতম মাঙহনবা ভম্বা মীওই য়াম্না ভাওভি। সাহিত্যগী অনৌবা পোৎশক অমবু করিনো খনবদি লায়রদনা ঙহাক পোত্থাহনা মুংঙাইথোকপগী মওংদা অকবা সাহিত্যগী চেনা মঙা-তরাদং ফাক্লীংবগী ন্নাখন লৈত্রবা মীওইনা থল্লবা সমাজ অসিদা সাহিত্যগী অনৌবা মচন অমগী পাউদম পীগে খল্লুবা অসিমকস্তু মীত্তাংবদা শামু য়েংহনবগুম থোকদরা খঙদে। অইবশিং অমস্তুং সাহিত্যদা খোয়জংজবা খরগী মফমদা অনৌবা পাউদম অমা ওইনা থমজবা অসিমকস্তু মতমগী কল্লবা অমনা অমবু থানদবা শীংথানদবগী শউম মরকসিদা পাউদম অসি উকুল মরিক্লুম মফম খঙদনা কোইচাই চাইথোকখিবা য়াই। অহুবু

কোইচাই চাইথোকপ্রবস্তু, মুংশিত্তা অমদি পৃথিবীগী লৈমায়দা উফুন মরিক-মরিক ওইনা তিনগ্রবস্তু ঐখোয়না লৈরিবা জগৎ অসিদা ঐখোয়গী ইরক্তা মফম-মরাং খণ্ডপ্রবস্তু খণ্ডদনা য়াওগ্নতুনদি লৈহৌবা য়াই হায়বগী রাখন্দা পাউদম অসি লাম্থোক্লবগী থৌনা পোকখি। থৌনাতুগী মরুম থুপ্পা চেম্বরকপা রাখনগী ঈচেন্দুনি, মথাদা খরদং ফোঙদোক্লিবসি—

রারী লীবা, লীতুনা তাহনবা, রাফম অমবু রারী ওইনা শাগত্তুনা পুথোকপা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মীওইবদা লোয়নরক্লবা মগুণ অমনি। মীওইবা রাখন খনবা জীবনি। পোৎশক অমতং উবদা হেক্তা খল্লি। মঙোন্দা অফ-ফত্তগী রাখন পোকই, অরা-মুংঙাই ফাওই। পেনবা-পেন্দবা ফোঙদোকই। মঙোন্দা ফাওরিবা অফ-ফত্ত, অরা—মুংঙাই, পেনবা-পেন্দবা মতোমতগী ওইনা থম্বা হৈনদে। ময়ামগী মাঙদা ফোঙদোকই, পাউদম ওইনা পুথোকই, ময়ামগী ওক্টহল্লি। শেমজিন-শাজিল্লগা ফজহনবা হায়বসিস্তু মীওইবগী হৈনবীনি। ঈৎপা, তকপা, নানবা, শেম্বা, শাবা—ঙহাক্তা লেপ্তুনা তৌই, মসিদা পেঞ্জে। মীওইবনা মশাগী পেঞ্জনবা হোৎনবা অসিদগী কলা হায়বতু পোক্লকই, থানবা য়াত্রবা পোৎশক অমা ওইনা পোকপদগী ল্যোয়নরকপগুম। রারী লীবগী কলাগা মীওইবগা তৎন-থানবা য়াত্রবা মরী লৈ। কলা অসিবু মরন্নাইগী ওইদতুনা ময়ামগী ওইহনবা অতুনি মীওইবা খুদিংমক্ত পাম্লিবা। অতুনা মীওইবনা রারী শেম্মি, লীতুনা তাহল্লি, মহাক মশানস্তু তানীংঙি অতোপ্পগীস্তু মশাগীস্তু। শেম্লবা রারী খুদিংমক মফম অমমম পীনবা হোৎনৈ। মুংঙাইনবা অমদি কান্ননবা য়েংতুনা মখন-মথেনগী রারী পুথোরকই। খুৎফোঙদোক অমদি খুৎলাম্থোক খেন্নবনা রারীগী মশক্তা খেন্নবা কয়াস্তু থোরকই। খেন্নরবস্তু পুম্নমক রারীনি। রারীবু মীওইবনা পাম্না তৌই। রারীদগী মীওইবনা করি-গুম্বদা থাপ্পা চেনবা লৈখিদে, চেনস্তু চেল্লোই। রারী, মশানা শেমজবা মীওইবা মশাগী অমদি মহাক্কী নাক-য়েংকী রারীনি।

সাহিত্যগী থাক্তা ৱারী মথন অনীদি পৃথিবীগী অয়াম্বা লোনশিংগী সাহিত্যগী মচন অমমম ওইনা য়াম্না নীংথিনা মপুং মরে ফাত্নুনা লৈরে— অমনা ৱারী-লীশাং চথৰা মশক 'উপন্যাস', অতুগা অতোপ্পনা তেম্ভকপা ৱারীগী মশক 'ৱারীমচা'। ৱারী ভাক্তা ওইরবসু অনীসিগী মশক-মওং খেন্নে, পান্দম খেন্নে। খেন্নবা অসিমক্তা সাহিত্যবু নৈনরিবা অখণ্ড-অহৈশিংনা মখোয়বু সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মচন অমমম ওইনা মশক খণ্ডবিবগা লোয়ননা তোপ-তোপ্পা মফম পীখ্রে। অনী অসিগী মথক্তা ৱারীগী অনৌবা মশক অমা অমুক নৌহৌনা থোরকই—মশক-মওং হান্নগী অনীসিদগী খেন্নে, খুৎলাম্লোক খেন্নে, পান্দম খেন্নে। য়াম্না পিকপা ৱারীগী মশক্কি। মশক্তা পিকচরবসু মগুণদি চেল্লি। মগুণ অতুমক্তা মাবু অতৈ ৱারীদগী তোঙান তারগল্লি। মশাগী তোপ-তোপ্পা মফম থি। সাহিত্যদা মশাগী তোপ-তোপ্পা মফম নমতুনা লৌনবা লাক্লরকই। হৌজিক্তি হোৎনজ্ঞমনগী মহৈসু ফংগ্রে। লোন খরগী সাহিত্যদা ৱারীগী তোপ তোপ্পা মচন অমা ওইনা ফিদা ফংগ্রে। ৱারীগী অসিগুম্বা অনৌবা মশক আসিবুনি এখোয়গী মণিপুরী সাহিত্যদা "ৱারী পিকক্র" হায়না মিংথোন্দুনা পুখোকচরিবসি।

'ৱারী পিকক্র'গী মমিংগী মতাংদা লোন খরদা চয়েৎনবদি অতুম মরৈ। ইংরাজীদা মীওই খরনা মসিবু স্মোল স্টোরী হায়, খরনা মিনি স্টোরী হায়। ইংরাজী সাহিত্যদগী হৌরকপমক নত্তবনিনা অকক্লবা মমিং লৈতে। ভারতকী লোন কয়াদা ৱারী মথন অসিনা মপুং-মরৈ ফানা চাওখত্তূনা মফম ফংবা ঙম্লবসু করম্বা লোন্দগী হৌরকপনো হায়বত্তুদি হৌজিক ফাওবা হায়বা ঙমদ্রি। ভারতকী মপানগী সাহিত্যদগী ভারত্তা চঙলকপ্রা হায়বত্তুসু অখণ্ড-অহৈ কনা অমতনা হায়বা ঙমদ্রি। ভারতকী মপানগী সাহিত্যদা ৱারী মথন অসি উবা ফংঙি। ভারতকী লোনশিংগী সাহিত্যদসু য়াম্না মরাং কায়না উবা ফংঙি। ভারত্তগী পোকপা ৱারী মথনসু মাল্লি। হৌজিক

য়াম্না কন্না থিজিল্লি, থিজিনবা লেপত্রি। অসিগুম্বা ৱারী মখন অসি হিন্দী অমদি ভারতকী লোন খরদা "লঘু কথা" হায়। হিন্দীদদি মসিবু লঘু কথা হায়রোইদবনি, "অণু কথা" হায়গদবনি হায়বা মীওইস্তু লৈ। খরনা "লঘু ব্যঙ্গ্যকথা" হায়গদবনি হায়। অস্তুন্না মমিংগী মরমদা মোং খেন্নবা অমদি চয়েৎনবা লৈরবস্তু ৱারী মখন অসি নোংম-নোংমগী মপুং-মরৈ ফারক্তুনা সাহিত্যদা মশাগী তোপ-তোপ্পা মফম অমদি কনবা ঙমখ্রে অমস্তুং হান্নদগী চৎনরকপনা অমদি অয়াম্বনা য়ানগ্রবনা "লঘু কথা" হায়বা মমিং অসি অস্তুম চৎনখ্রে; (য়ানীংদবা মীওই খরা লৈরবস্তু)। মৈতৈলোন্দা ৱারী মখন অসিবু করিগী "ৱারী পিকক্র" হায়না খোল্লুরিবনো হায়বতুগী মরম পীদ্রিঙৈদা ৱারী মখন অসি করিনো হায়বতুগী মরমদা হান্না ৱাহৈ খরদং থমজনীংঙি।

"ৱারী পিকক্র" হায়বা মমিং অসিনা ৱারী মখন অসি মশক-মওংদি পিকই হায়বসি অতুম তাকচরে। অতুবু মশক-মওং পিকপা অমদি তেনবা ঙাক্তনা ৱারী পিকক্রদি ওইদে। উপন্যাসপু শমজিল্লগা ৱারীমচা ওইদবগুম ৱারী মচাবু য়াম্না তেনশিল্লগা ৱারী পিকক্র ওইদে। ৱারী পিকক্র ৱারী মচাগী ৱা মচং নত্ত্রগা শমজিনবা ৱারী নত্তে। মসিগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা লৈজে। ৱারী মখন অসিদা মীওই-পুন্সিগী জুৎ চাদ্রবা, মাওথরক্লবা লমচৎ নত্ত্রগা মওং মরিন নাইদ্রবা, মায়থরক্লবা সমাজগী মশকপু মচেক্লা য়েত্নুনা করেম্নবা অমা য়াওগনি। করেম্নবগী মওংদি পেন্দবা অমদি স্তুংঙাইতবদগী থোরকপা য়াম্না সিরিয়স ওইবা করেম্নবা অতুনি। ৱারীগী মওং ফাদোকপা য়াদে। ৱারীগী খোঙজেন থুহনগদবনি। য়াম্না তেন্না হায়নীংবা ৱাফম অমতং মচেক্লা য়েত্নুনা হায়রগা অপাবদা থং পালহনবা অমদি ৱাখন খলহনবনি। পুন্সি অমদি সমাজগী সমস্যা কয়া ৱারী থুদিংমক্তা অমমমতা ওইনা মচেক্লা য়েরগা থকয়াইননা পুথোকপা য়াই; সমস্যা অতু শোলভ তৌবগী মথৌদি তাদে, শোলভ তৌনবগী মফমস্তু লৈতে। অমংবা

নোং মরক্তা খুঙহৌদনা নোংথাংনা ফোং ঙাল্লম্বগী মতৌনি। ঙাল্লম্বদুদা হ্যাইকেং উহৌবা অদু উহৌবশিংদা তাশোন্না থিল্লম্বগা মান্নহনবনি। খুৎলাম্মোক্তা অইবনা মশাগী হৈ-শিংবা উত্তুনা শন্দোক্লা তাকপা মওং শীজিন্নবা য়াই; রারী-রাত্রাইগী মওংদা পুথোকপবু য়াই; ঈঙ্গিংকী মওংদা মচেৎ ওইনা খুজিক্কুং উৎলগা তোকপস্মু য়াই; ফাগী ওইনা পুথোকপস্মু য়াই। তৌবতদি অইবনা পুথোক্লিবা রাফম অদুদা অপাব-শিংদা করেম্নবা মওংদা মচেক্লা য়ৈত্নুনা খঙহল্লম্বা হায়বসিমদি তঙাইফদে।

রারী মখন অসিদা মীশক মীওই শেমগত্তুনা মখোয়গী লমচৎ শাগৎ-নবগী মফম লৈতে। মসিদা য়াওবা মীশক (চরিত্র) লন্নাই ওইবা অখন্নবা অমম্বা নত্রে; অপুনবা অমগী মঙুৎ শিনবনি, সিম্বোলগী মশক্নি। হোঙবা কৌবা অমগী লমচৎকী করিগুম্বা মতাং অমা রারী পিকক্রদা মচেক্লা য়ৈত্নুনা করেম্নরকপদা হোঙবা হায়রিবা নীপা অসি কনাগুম্বা অকক্নবা হোঙবা অমা ওইনা উবা য়াদে। হোঙবগুম্বা মীওই কাঙলুপ অমা ওইনা উগনি। অদুনা রারী পিকক্রগী পাত্রশিংদি অয়াম্বনা সিম্বোলিক ওইগনি।

"রারী পিকক্র"দা রারীগী থিম অদু নীংথিনা ফোঙদোকপা ঙম্নবা প্লোট অমা লৈগনি। রারীগী খোঙজেল য়াঙগনি। মসিদা মওং তানা হৌবা, রাফম অমা থম্বা অমস্তুং ইথিন পীবা ঙম্বা মওংদা লোইশিনবা হায়বা মরম অহুম অসি য়াওগনি। নত্রবদি মহৈ য়ানবা ঙমদ্রবা রারী-পিকক্র ওইবা য়াই। অদুনা হেক হৌবদা লাঙতক্নবা পোকহনবা ওইগদবনি, করিনো হায়না খঙনীংবা ফাওহনগদবনি, অনীশুবদা করিনো হায়বদু খঙবা ঙমহনগদবনি, অহুমশুবদা অরোইবগী মতাং অদুনা অপাবশিংদা থং পালহনগদবনি। রারী পিকক্রগী রারীগী মচাক মওং-মরিন নাইন্দ্রবা ঐখোয়গী সমাজদগী লৌগনি। মসিদা মীওইবা অমদি সমাজগী মরক্তা মূক্নবগী মশক অদু য়াম্না শমজিন্না অদুগা ময়েক শেংনদি উৎকনি। হৌগ্রবা অমদি হৌজিক—অনী অসিগী চৎনবগী মশকস্মু উৎক্রনি। মীওইবগী

মমল ময়েক শেংনা তাকপা ওম্নবস্থ হোংনগনি। শম্না হায়রবদা পুন্সিদা থেংনরিবশিং অসি অমমমতা ওইনা য়াম্না শম্না মচেক্না য়ৈহুনা করেম্নরগা সিম্বোল ওইনা পুথোকপনি। পুন্সি নত্রগা সমাজগী মশক অমা লৌথংপদা মচেক্না য়ৈহুনা করেম্নবা (ব্যঙ্গ্য) হায়বসিমদি থাবা য়াদে। মসি ৱারী পিকক্রগীদি য়াঙলেন-শক্লনি। মসি য়াওত্রবদি লূ-তোং শুদবা থয়েক-থরেক্লবা মীগা পাংথক ওইগনি। ৱারী পিকক্র হায়বহু ওইরোই। মীনুংশি পোকহনবা ওম্বা মওংদা মচেক্না য়ৈহুনা করেম্নবা হায়বদি করুণ ব্যঙ্গ্য ওইরবদি অমুক্কা হেন্না ফৈ।

ৱারী পিকক্র পাউখোঙগী মশক্তি, পাউখোঙনি। অইবনা ৱারী পিকক্র খুদিংমক্তা পাউখোঙ অমমম চল্লি। অদুবু মহাক্না পাউখোঙ অদু করিগুম্বদস্থ ফোঙদে। ফোঙবগী থবক্তি অপাবশিংদা শিন্নে। অপাবশিংগী ৱাথর অমদি লৌশিংনা অইবনা চল্লিবা পাউখোঙ অদু ফোঙনবা হোং-মগদবনি। অদুনা ৱারী পিকক্রনা সমস্যাদমক পুথোকনি, সমাধানদি তৌরোই। সমস্যাশিং অদু সমাজগী য়থার্থ ওইবা মশক অদুদগী লৌগনি। সমাজ অমস্থং পুন্সিগী অশেংবা মশক নত্রবদি পাউখোঙ ওইরোই, পাউখোঙ ওইয়ু হায়বা য়ারোই। তশেংনা হায়রবদা ৱারী পিকক্র মওং-মৱিন নাইত্রবা সমাজ অমস্থং মথোঙ হুক্রুবা পুন্সিগী দোক্যুমেণ্টনি।

ৱারী মথন অসি 'ৱারী পিকক্র' হায়রবনিনা ৱারী খুদিংমক য়াম্না পিকদবনি হায়না লৌবা মীওই কয়া লৈরম্বা য়াই। হাম্নস্থ হায়জগ্রে, য়ারিবমখৈদি পিকদবনি, অদুবু অপিকপা ৱারী ওাক্তনা ৱারী পিকক্র ওইদে। ৱারী পিকক্রগী মশক মাগী মওং মতৌ (সাইজ), ৱাহৈ নত্রগা পরেংনা লেপ্পে। খজিক্তং হায়রগা আ য়োবা ওম্বা মচেক্না য়ৈহুনা করেম্নবা হায়বা মগুণ অদুদা ৱারী পিকক্রগী মশক লৈ। পরেং অমথক্তদা লোইবা ৱারী পিকক্র লৈ, লামায় অনীরোম হেন্না ইবা ৱারী পিকক্রস্থ লৈ। ৱারী

পিকক্রগী মশক্তি মাগী মগুণনা লেপ্লি। ব্যঙ্গ্য হায়বা মগুণ অসি য়াওরবদি অপিকপা রারীমচা কৌগনি, রারী পিকক্রদি নত্তে।

মথক্তা থরা নৈনপ্রবা মতুংদা রারী পিকক্র অমা হায়বসিগী তঙাইফদবা মগুণ করিনো হায়বত্থ শন্নপ্পা অমুক মখাদা থমজরি—

(১) য়ারিবমখৈ পিকপা অতেনবা মখনগী রারী ওইগদবনি। শাংলবদা দিমাই সাইজগী লামায় অনী-অনী মখায়দগীদি হেলহল্লোইদবনি।

(২) রারীগী মচাক মীওই-পুন্সি অমসুং সমাজগী মওং-মরিন নাইত্রবা, কায়থরক্লবা মশক অসিদগী লৌগদবনি।

(৩) তঙাইফদনা পুথোক্লীংলিবা রাফম অত্থ থরা সিরিয়স ওইনা মচেক্লা য়ৈত্থনা করেম্নবা ( ব্যঙ্গ্য ) মওংদা থম্লমগদবনি।

(৪) পোলোই নত্রগা হায়নীংলিবা রাফম অপাবশিংদা থং পালহনবা ঙম্বা, থক্তিকুং হায়বদা অা য়ৌনা উহনবা ঙম্বা মওং ওইগদবনি।

(৫) কেরেক্তরশিং অমতা অথন্নবা লন্নাই-মীওই নত্তে, য়ারিবমখৈ অপূনবা অমগী মত্থং শিনবা হায়বদি সিম্বোলগী মশক ওইবা কেরেক্তর ওইহনগদবনি।

(৬) রারী পিকক্রনা পাউখোঙগী মশক ওইনা সমস্যা অমমম পুথোক্কনি। সমস্যা অত্থ করিনো, মত্থগী সমাধান করি ওইবা য়াই হায়বত্থদি অপাবশিংদা থাদোক্কনি।

(৭) হায়নীংলিবা রাফম য়াম্না শুপচিন্না কোঙদোক্কনি। রারী ফাদোকপা য়াদে।

'রারী পিকক্র' করিনো হায়বসি নৈনপ্রবা মতুংদা মমিংগী মতাংদা রাফম থরগা থম্বা তঙাইফদে থল্লি। মমিংনা মশক চপ চানা তাকপা ঙম্বা মওংদা মমিং থোনবা হায়বসি য়াম্না কৈ। অত্থবু তরাইবা রাফমদি নত্তে। অনৌবা রারী মখন অসি মওং-মতৌদা পিকই হায়বগী ঙাক

'ৱারী পিকক্র' হায়না মমিং থোল্লুবা নত্তে। য়াম্না তেনবা মথনগী ৱারীদি ওইরবা, অতুগা মচেক্না য়ৈতুনা করেম্নবগী মওং য়াওদ্রবদি ৱারী পিকক্র ওইদে, চুম্নগী অপিকপা ৱারীমচানি। অতুনা মশক-মওং পিকপনা ৱারী পিকক্র থোনবা নত্তে। পিকপগা লোয়ননা মচেক্না য়ৈতুনা করেম্নবা-লঙনবা হায়বা ৱাফম অমা য়াওবনা ৱাফম ( মচেক্না য়ৈতুনা করেম্নবা ) অসিবু ফোঙদোকপা ঙম্বা ৱাহৈ থিরকপদা পিকক্র হায়বা ৱাহৈসি থেংনখিবনি। ইচম চম্না মচা, পিশক, অপিখক হায়বদা মওং-মতৌ পিকপগী অর্থদমক ফোঙদোকই। ককনাউ হায়রবস্থু ফাগীগী অর্থ চেনবগুম তৌই। পিকক্র হায়রবদি পিকপগী মথক্তা থরা সিরিয়স ওইনা করেম্নবগী অর্থ অমা ফোঙ-দোকপগুম তৌই। থরা চীং-লেম্না, সিরিয়স ওইনা করেম্নবগী ইৱায়-ইনিন চেল্লি হায়না থনবা অমসুং "ৱারী পিকক্র" অমগী মগুণ অতু মমিং অসিনা থরা ফোঙদোকপা ঙম্নব্রা হায়না থনবদগী "ৱারী পিকক্র" হায়বা মমিং অসিমক ৱারী মথন অসিগীদমক অথল্লনা শীজিন্নরুবনি। ৱাফম অসিদা অখঙ-অহৈশিংগী পূক্নীং চিংশিঙ্গরি।

---



## ৱাইটরস ফোরম, ইম্ফালনা কোঙখ্ৰবা লাইরিকশিং :—

**১৯৮৯**

১। মপাল নাইদবসিদা ঐ ( শৈরেং ) — শ্ৰীবীরেন

২। ময়াই কারবা শামু ( ৱারী মচা) — রাজকুমার মনি

**১৯৯০**

৩। পোষ্ট মোর্টেম ( ৱারী মচা ) — টি, থোইবী দেবী

৪। ঐথোয় য়ূমলোন্নবা ( ৱারী মচা ) — কৈশাম প্রিয়োকুমার

৫। ককথ্রবা কোকয়াম ( নাটক ) — জি, সি, তোংব্রা

৬। মুমিত্তি অস্মুম থেঙজিল্লক্লি (ৱারীমচা) — য়ুম্লেম্বম ইবোমচা

৭। ইম্ফালগী মৈ ( শৈরেং ) — কোন্সম কুলধ্বজ

**১৯৯১**

৮। থরোশংবী ( উপন্যাস ) — অরিবম চিত্রেশ্বর

৯। উতোল অমদি উচেকশিং ( শৈরেং ) — এম, বরকন্যা

১০। সংস্কৃতিগী শক্লোন ( ৱারেং ) — ই, নীলকান্ত

১১। প্রলয়গী মৈরীরক্তগী ( শৈরেং ) — রাজকুমার মধুবীর

১২। জরাসন্ধ ( শৈরেং ) — রাজকুমার ভুবনস্না

১৩। কায়নথ্রবা পুন্সিগী ইচেল ( শৈরেং ) — এম, বীরমঙ্গল

১৪। কল্লবা ঈরৈদা অস্মুম ( শৈরেং ) — এস, ভানুমতি

**১৯৯২**

১৫। অকায়বা মিংশেলদা তাবা মমি ( শৈরেং ) — এম, ইবোমচা (ঈরৈ)

১৬। জাতকী শৈরোল ( শৈরেং ) — বি, জয়ন্তকুমার

১৭। ডাক্তর কমল মিংয়েং অমা (আলোচনা) — এস, ইন্দ্রজিৎ

১৮। অমম্বদস্সু অঙানবদস্সু ( ৱারীমচা ) — বীরেন্দ্রজীৎ নাওরেম

১৯। খোঙচৎ ( ৱারীমচা ) — বিনাবতি খুম্বোংময়ুম

**১৯৯৩**

২০। অহিংগী অমম্বসি কোক্লরোইদ্রা (শৈরেং) — দোনেশ্বর কোন্সম

২১। আফ্রিকা ( শৈরেং ) — শরতচান্দ থিয়াম

২২। পুন্সি ঈচেল ঈরোম্নুংদা ( শৈরেং ) — সেরাম মঙ্গী

২৩। অশিবগী লোনবু অহিংবনা খঙবরা (শৈরেং) — ই, সোনামণি

২৪। ৱারী পিকক্র ( অপিকপা ৱারী ) — আই, এস, কাঙজম

# আই, এস, কাঙজম

| | | |
|---|---|---|
| পোকপা | : | খৃষ্টগী চহী ১৯৪৬<br>নাওরেমথোং, শগোলবন<br>ইম্ফাল |
| মপুং ফাবা মিং | : | ডা. ইবোহল সিংহ কাঙজম |
| শিনফম | : | মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী<br>হিন্দী বিভাগতা ওঝা |
| সাহিত্যগী পোথোক | : | মণিপুরীদা লাইরিক তরামঙা<br>হিন্দীদা লাইরিক মরি<br>(অমনা মশাগী মৌলিক,<br>অহুম্না মণিপুরীদগী হন্দোকপা) |
| লৈফম | : | নাওরেমথোং, লৌক্রাকপম লৈকাই<br>শগোলবন রোড<br>ইম্ফাল - পিন ৭৯৫০০১<br>মণিপুর। |

Cover Printed at : BCPW, Lamphelpat, Imphal